# ওকোয়রবগী শক্তম্বু শেংহন্দবা

অমসুং

# মসিগী ফল



# অকোয়বগী শকম্বু লেংহন্দবা

অমসুং

## মসিগী ফল

# অকোয়বগী শক্তম্বু শেংহন্দবা

অমসুং

# মসিগী ফল

এলঃ দেবলা দেবী

দেবলা বুক স্টোর
পাওনা বাজার, মসজিদ রোড, ইম্ফাল

কোংজবী ঃ—

শ্রীমতী এলঃ সনাহনবী দেবী
ব্রহ্মপুর, নহাবম, ফুড়ামখোঙ, ইম্ফাল।

মখুম য়েকপা ঃ— শ্রীএ: চিত্রেশ্বর শর্ম্মা

মখুম নম্বা ঃ— ইষ্টর্ন দাইং এণ্ড প্রিন্টিং ইন্দস্ট্রিজ।

মনুংগী লাই য়েকপা ঃ— শ্রীএস: ইন্দ্রমণি শর্ম্মা
শ্রীএস: ইবোচৌবা শর্ম্মা

মনুংগী ব্লোক শাবা ঃ— ইমেজ গ্রাফিক

G. 55
2NG;8

মমল লুপা ঃ—




নম্ফম ঃ— দেবলা প্রেস, মসজিদ রোড, ইম্ফাল।

স্বত্ব পূম্নমক অইবীগীনি।

তুংগী জাতীগী বুদ্ধী ওইরকদৌরিবা

অঙাংশিংগী মফমদা।

# ৱাহৈ খৰদং

ঙসিগী অঙাং হয়েংগী জাতিগী য়ুম্বীনি। অদুনদি অঙাংশিংবু মপুং ফানা জ্ঞান লৈহনবা হায়বসি তঙাইফদে। মখোয়বু হীরম খুদিংমক্তা মাং থানবা হোৎনবদা অইবশিংগীস্সু থৌদাং লৈ। স্কুলদা তম্বা টেক্সবুক-শিংদনা মখোয়গী জ্ঞান মপুং ফাবা হায়বদু ওইদে। মখোয়বু হেন্না খঙহন্নবা হোৎনবদা পাননরা লাইব্রিক দরকার ওইরকই। অদুনা লাইব্রিক মচা অসিস্সু মখোয়গী মতেং পাংবা, অমদি অরাৎ-অপা মেনখৎপিবগী ৱাখল্লোন্দা ইজবনি।

লাইব্রিক অসিগী মপুং ওইবা পান্দমদি— মীওইবগা এনভাইরোন-মেণ্টকগী মরক্তা লৈনরিবা মরি অদু খঙহন্নবা হোৎনবা, হৌজিক হৌজিক ওইরিবা, ওইরক্কদবা অমদি ওইরকপা য়াবশিং অদুদা য়ুক্ষম ওইদুনা মখোয়বু তম্বীবনি।

লাইব্রিক্কী চুন্নগী কেক্ট অমা, পারা অমা নত্রগা পাউ অমা নমহুনা চিনফা পুহনবগী মহুত্তা অরায়বা পাম্বৈ শিজিন্নদুনা এনভাইরোন-মেণ্টপু মমুৎ তানা খরা হেন্না কুপশিন্না খঙহনবা হায়বসি শিক্ষাগী পান্দম্নি হায়নিংই।

অঙাংশিংনা খঙনিংলিবা, খঙনিংঙাই ওইবা রাফম ফয়া খঙহনবা মতুদগী মশাগী ওইবা মত ফোঙদোকপা ঙমহনবা, লূ-নান্না হকচাং ফনা লৈনবা হোৎনহনবা, মখোয়না ফংলিবা জ্ঞান অদু থবক ওইনা শিজিন্নবা ঙমহনবা, থবক্তা য়ুক্ষম ওইরগা সমাজদা কান্ননিংঙাই ওইবা পোখোক পুখোক্নবা থৌরাং তৌবা অমস্তুং থবক ওইনা চৎথবা ঙম্নবা থবক-থৌরম কয়া পায়খৎহন্নবা ঈঙ্গিৎ পীবা, হায়রিবশিং অসি ঐখোয়না তৌদবা য়াত্রবনি।

অঙাংশিংবু থিজিন হুমজিন তৌদুনা তম্বগী এক্সপরিয়েন্স ফংহনবা অরায়বা পাম্বৈনা থবক ওইনা চৎথদুনা মশাগী হৈ-শিংবা তৌবা ঙম্বগী শক্তি শিজিন্নবা ঙমহনবা অমদি শিজিন্নদুনা লায়না ভাব তাবা

ঙমহনবা ; এনভাইরোনমেণ্টকী মরমদা খঙবা অমসুং মতু ঙাক-শেন্দুনা য়োকখৎ-শেমগৎতুনা থম্মিংবগী ৱাখল্লোন লৈহন্দুনা থবক ওইনা পাংথোকহনবা— হায়রিবা পান্দমশিং অসিদা য়ুম্ফম ওইরগা ওজাগা অইবশিংগা খুৎশয়নদুনা অঙাংশিংবু য়োকখৎ-শেমগৎপনা অফবা চাউখৎপা সমাজ অমা পুরকপা ঙমগনি হায়না থাজৈ।

মথক্তা পঙ্গথিবা পান্দমশিং অসিদা য়ুম্ফম ওইরগা লাইরিক মচা অনি ইজবনি। অদুবু পান্দমশিং অসি লোইনা য়ৌবমক ঙমদ্রবস্মু খরদি ফংবা ঙম্নবা হোৎনজদুনা ইজবনি। লাইরিক অসিদা— অঙাংশিংনা হেন্না লায়না ভাব তাবা ঙমহন্নবা চাংয়েং তৌমিন্নদুনা খঙনবা হোৎনবা ; পিকচর পুথোক্লুনা মখোয়না খঙদ-উদবা কয়া য়েংহন্দুনা খঙহনবা ; টেবল শেমদুনা মখোয়বু হেন্না লায়না হেক য়েংবদা খঙবা ঙমহনবা ; চার্ট শেমদুনা মখোয়বু ভাব তাহনবা ; উরুবা, থেংনরুবা কয়া অদু করিনো খঙহনবা লোয়নননা মদু ফৈ-ফত্তে হায়না খন্ন-নৈনদুনা জ্ঞান পীবা অসিনচিংবা কয়া অসিনা লাইরিক অসি শাগচ্চবনি।

পিকচর য়াওবা উরবদি অঙাংশিংগী পুক্নিং থোগৎপগুম তৌই। মখোয়না পিকচর অদু য়েংই, মদু করিনো হায়বা খঙনিংলকই, অদুদগীদি লাইরিক পানিংলকই— মসিগী ৱাখল্লোনসিদা লাইরিক অসিদা পিকচর য়ারিবমখৈ হাপ্লবা হোৎনজৈ।

লাইরিক মচা অসিনা অঙাংশিংদা কান্নবা জ্ঞান পিবা ঙম্নবদি হোৎনজমন মহৈ য়াল্লে খঞ্জগনি।

লাইরিক অসি এডুকেসন ডিপার্টমেণ্ট (এস), মনিপুর সরকারনা শিনবা চিলড্রেন বুক কম্পিটিসন ( ১৯৯৪-৯৫ ) গী বিজ্ঞান কাঙলুপকী ওইনা অহানবা মনা পীবিরকপগীদমক ডিপার্টমেণ্ট অসিবু থাগৎচরি।

অইবী—

# অকোয়বগী শক্তম্ভু শেংহন্দবা

## অমস্মুং

## মসিগী ফল

বেনা, ইমোচা অমস্মুং অবেম মখোয় মচিন-মনাও ওাক্তনি। মখোয় মথংশিংনা ক্লাস VIII, VII অমস্মুং V তা তম্লিবা ছাত্রশিংনি। মখোয়না বিজ্ঞানগী মরমদা খঙনবা কয়া মচে অহলগা হেক হেক তানৈ। মচেহলনা মখোয়বু জ্ঞান তানবা তাকপি।

নোংমা ইমোচানা মচেহলগী মনাক্তা হোবে হোবে চংলক্লুনা য়াম্না খঙনিংনা ৱাহং খরা হংলে।

ইমোচানা হংলকই,—চেমা, ঐখোয়গী স্কুলদা জুনগী তারিখ মঙাদা 'ৱাৰ্ল্ড এনভাইরোনমেণ্ট দে' পাংথোক্কনি। ঐখোয় লোয়নমক লাক্কবা য়াদে। ঐখোয় খুদিংমক্তা খঙদবা য়াদবা ৱাফম কয়া তানগনি হায়। 'ৱাৰ্ল্ড এনভাইরোনমেণ্ট দে' হায়বসিবু করিনো?'

মচেহলনা পাউখুম পীরকই,—এনভাইরোনমেণ্ট হায়বদি ঐখোয়গী অকোয়বদা লৈরিবা অহিংবা জীব অমদি হিংদবা পোৎশিং অসিবুনিকো। মসি ঐখোয়গী অকোইবগী শক্তম হায়বদি এনভাইরোনমেণ্ট অসিবু

ঙাক-শেন্দুনা থম্বগীদমক পাংথোকপা পালন অমনি। পালন অসি পৃথিবী শিন-থুংনা জুনগী তারিখ মঙাদা পাংথোকই।

বেনা অমসুং অবেম থোংজিন্দা লেপতুনা মচেগী রা তাদুনা লৈরম্মী। মচেনা কৌশিন্দুনা মখোয় চংলক্কুনা ফম্লরে। মখোয় অছুম্মক্না য়াম্না খঙনিংনা হংলকই,—চেমা, করি মরমগীদমক ঐখোয়গী অকোয়ববু ঙাক শেন্দুনা থমগদৌরিবনো?

মচেহলনা শন্দোক্না তাকপিরকই,—নখোয় তারম্লনি— পৃথিবীদা শাবগী চাং নোংমা-নোংমগী হেঙ্গৎলকপা, কার্বোন দাইওক্সাডকী চাং লেপ্পা লৈতনা হেঙ্গৎলকপা, ওজোন লেয়র পাশিল্লকপা অসিনচিংবা কয়া অমা। মসিনা মরম ওইদুনা মীওইবগী মশা ফবগী চাং হন্থরকপা, তমথীরবা লায়না মথল কয়া লাকপা, অসিনচিংবা কয়া থোকহল্লি। মসি পূম্নমক অসি ঐখোয় মীওইবনা ঐখোয়গী অকোইবগী শক্তম্ শেংহল্লক্কবা অসিননি। অদুনা ঐখোয় পূম্নমক্না অকোয়বগী শক্তম অসি করম্না শেংহল্লক্লিবনো অমসুং মসিগী ফলনা করিনো হায়বদু খঙবা য়াম্না দরকার ওই। মরম অদুনা ঐ নখোয়দা শন্দোক্না তাকে।

মীওইবনা চাওখৎলকপগী মতুংইন্না মহৌশাগী পোৎথোকশিং শিজিন্নথোকপগী চাং হেনগৎলক্লি। খুদম ওইনা খোংগী পোৎথোকশিং হায়বদি কয়লা, পেট্রোলিয়মনচিংবা অমসুং উ-রা, পাম্বী, কয়া অসিনচিংবা। মসিনা মহৌশাগী ফিভমদা অহোংবা কয়ামক্কম পুরকই। অহোংবা কয়াসিনা ঐখোয়গী অকোয়বগী শক্তম অসিবু মরম কয়ামুক্তা অমাং-অতা থোকহল্লি। মসিনা অকোয়বগী শক্তম্ ফৎহন্দবা শেংহন্দবা কয়া পুরকই। মসিবু ঐখোয়না অকোয়বগী শক্তম্ শেংহন্দবা, এনভাইরোনমেণ্টেল পোলুসন হায়না খঙৈ। অদুগা পোলুসন হায়বদি 'শেংহন্দবা' হায়বা অসিনা পোৎচাক কয়া লৈহল্লিংদবা মফমদা লীশিন্দুনা লৈরকপা অদুগা মদুনা এনভাইরোনমেণ্ট অসিদা অমাং-অতা

কয়া পীরকপা অদুবুনি। মসি ঐখোয়না চাউরাক্লা মখল মরি থোক্লা খায়দোকপা য়াই—

১। নুংশিৎকী পোলুসন,
২। ঈশিংগী পোলুসন,
৩। লৈমায়গী পোলুসন অমসুং
৪। অয়াকপা খোঞ্জেলগী পোলুসন।

অহানবদা নুংশিৎকী পোলুসন অসিগী মতাংদা খন্নসি।

নখোয়না খঙবদা হেন্না নুংঙাইনবা অহানবদা নুংশিৎ হায়বসি করিনো হায়বদু য়েংসিকো।

নুংশিৎ অসি ঐখোয়না উবা ফংদে। ঐখোয়গী হকচাংদা য়ৈরবা নত্রগা ঐখোয়না হাই-হুম্বা, উনা-য়ানা লেঙবা অসিনচিংবদা ঐখোয়না নুংশিৎ লৈ হায়বা খঙবা ঙম্মী। মসিগী মনম লৈতে, মহাউ লৈতে, মচু লৈতে। মসি গ্যাস কয়ামরুম্না তিনশিন্নহুনা শেম্বা মিক্সর (পোৎয়ান) অমনি। মসিদা ওক্সিজেন, নাইট্রোজেন, কার্বোন দাইওক্সাইদ, ঈশিং মনিলনচিংবা গ্যাস কয়ামরুম য়াওই। অশেংবা নুংশিৎকী চাদা হুমফুত্তরামিপাল্লোমনা (৭৮%) নাইট্রোজেন, চাদা কুনমাথেই (২১%) য়োম্না ওক্সিজেন অদুগা কার্বোন দাইওক্সাইদ অমসুং ঈশিং মনিলনা চাং য়াগদনা য়াওই। নখোয়না খঙলিবহুনি, নুংশিৎ হায়বসি ঐখোয়না শোর হোনবদা শিজিনৈ। অদুনা নুংশিৎ লৈরমত্রবদি থরায় পানবা অমত্তা লৈরোই। মিৎকুপ অমা ফাওবা শোর হোন্দনা লৈবা ঙমদে। অদুবু শেংদবা নুংশিৎ হোঞ্জিনবনা ঐখোয়গী হকচাং ফহন্দে, লায়না মখল কয়া পোকহল্লি।

ইমোচানা হংলকই,—চেমা, শেংদবা নুংশিত্তা করি করি য়াওবগে?

মচেহলনা তাকপিরকই,—শেংদবা নুংশিত্তা পোৎয়ান য়ায়া য়াওই। পোৎয়ানশিং অদুদি কার্বোন, কার্বোন-মোনোক্সাইদ, নাইত্রস ওক্সাইদ,

মিশি, সলফর দাইওক্সাইদ, এমোনিয়া, মিথেন, এলদিহাইদ, অসিনচিংবনি।

অবেম্না হংলকই,—পোৎয়ানশিং অসি মশীং কয়ামুক ওইনি ?

মচেহলনা হায়রকই,— অবেম, নঙনা হায়রিবসি শেংদবা পোৎয়ানশিং নুংশিত্তা কয়াম য়াউবগে 'সিনিকো। মসিদি মশীং থীবা ঙম্বা নত্তে। অহুবু থিজিন-হুমজিনবা কাঙবু খরনা হৌজিক নুংশিত্তা মশাগী পোৎয়ানগী মথক্তা অতোপ্পা পোৎয়ান লিশিং অহুমগী মথক্তা য়াওবা থেংনরে হায়।

অবেম্না অমুক ঙল্লা হংলকই,—অদো, পোৎয়ানশিংদো উজিবা করিগীনো ?

বেনানা অবেমগী পাউখুম পীবিরকই,—অঙাওবীসিদি, নুংশিত্তি মনিলনি অহুগা পোৎয়ানশিং অসিসু মনিল ঙাক্তনি অহুনা উত্রিবনি। নত্রনে, চেমা ? অহুগা চেমা, নুংশিৎ অসি করম্না শেংলক্লিবনো হায়বহুগা তাকপিয়ু।

মচেনা তাকপিরকই,—হোয়, অবেমগী য়াহংগী পাউখুম চুমই। অবেম, নচে বেনানা হায়খিবদো তাহৌরেদনা ? নুংশিৎতা য়াউবা পোৎয়ানশিং অসি মনিল অমদি মকুপ মকুপ ওইবা উঝুলগুম্বা পোৎ ঙাক্তনি অহুনা উবা কত্রিবনি।

অহুগা বেনাগী য়াহং নুংশিৎ শেংলক্তবগী হৌফম অহুগী মরমদা অমুক তাক্কেকো।

নুংশিৎ শেংলক্তবগী মরু ওইবা হৌকমদি কোল কারখানা, হরাগাড়ী, রেলগাড়ী, লোকোমোটিভনচিংবা মেছিন কয়া অসিনি। মখোয়শিং অসিদগী থোরকপা মৈথু অসিদা কার্বোন, মিশি, নাইট্রোজেন, কার্বোন মোনোক্সাইদ, সলফর দাইওক্সাইদ, নাইট্রস ওক্সাইদনচিংবা য়াওই। অয়াম্বা গাড়ীনা থাউ মপুং ফানা চাকপা ঙমদে। মসিনা

অমুকস্তু তেঙ্গালি, কার্বোন মোনোক্সাইদ, হাইড্রোকার্বোন অমস্তুং এলদিহাইদনচিংবা পোং কয়া পীথোরকই। পিকচরসিদা য়েংউ।



( শুৎয়েক ১ )

মসিদা হয়াগাড়ী, ফেক্টরী কয়াদগী থাদোয়কপা মৈথুশিংসে য়েংউ। ঐনা পোৎয়ান খরা মথক্তা পনগ্রিবা অদুদা নত্তনা পেট্রোলদা মিশিগী কম্পাউণ্ড কয়া পেট্রোলগী মগুণ ফেমগৎনবা য়ানশিল্লি। মসিনা পেট্রোলনা চেনবা গাড়ী কয়াদগী মিশি মকুপ্পচিংবা ফত্তবা তুংশিং শেংহন্দবা পোথোক কয়া থাদোয়কই।

ইমোচানা লাইচু য়েংলগা হংলকই,—অদুদি ফেক্টরি য়ামা লবা, ইঞ্জিন শানবা গাড়ী য়াম্না চেনবা শহরশুদ্বদনা তুংশিং শেংদবা হেনবা ভারেকো?

মচেহলনা পাউখুম পীরকই,—পৃথিবীগী মচৌ অচৌবা শহরশিং খুদম ওইনা আমেরিকাগী লোস এঞ্জিলিজ, জাপানগী টোকিয়ো, অষ্ট্রেলিয়াগী সিদনি, মেক্সিকো, কলকাতানচিংবা শহরশিং অসিদা কোটো-কেমিকেল স্মোগ হায়বা শাথীবা মৈখু মখল থোকহন্নুনা শহরশিং অসিগী নুংশিং অসি য়াম্না শাথীবা মওংদা শেংহল্লে।

ইমোচানা অমুক হংলকই—কোটো কেমিকেল স্মোগ হায়বসিবু করিনো ?

মচেহলনা খঙহল্লকই,—মসি গাড়ীদগী থাদোরকপা মৈখু, নাইট্রস ওক্সাইদ, হাইড্রো-কার্বোননচিংবা ময়ামসিদা নুংশা মঙালনা শৈবদা মখল কয়াগী মম্পাউণ্ড থোকুনা 'কোটো কেমিকেল স্মোগ' কৌবা মৈখু অসি থোকহল্লিবনি।

অবেম্মা হংলকই,—চেমা, কণ্ড-হৌদি ময়াম পৈশিল্লগা মৈ থাবদা থোক্লকপা মৈখু অসি করি মৈখুনো ? মসিন্সু নুংশিৎ শেংহন্দব্রা ?

মচেহলনা তাকপিরকই,— অবেম্মা হায়রিবসি মৈখুগী মমিং হংলিবনিনে। নখোয় লোইনমক তাউকো। কণ্ড-হৌদি মৈ থাবগী মৈখু অসিগী মমিং তোঙাম্না লৈতেকো। মৈখু অসিনা নুংশিৎ শেংহন্দে। চীংদা লাম্মৈ থাবা, কণ্ড-হৌদি মৈ থাদোকপা অসি য়াম্না তোঙনা তৌনে। মসি অকবা নত্তে। লাম্মৈ থাবদা কার্বোন দাইওক্সাইদকী চাং য়াম্না পীথোরক্লুনা নুংশিত্তা কার্বোন দাইওক্সাইদকী চাং য়াম্না হেনগৎহল্লি। অদুগা ঐখোয়গী য়ুমগী অকোয়বদা লৈবা কণ্ড-হৌদি মৈ থাদোকপা তত্তনা তৌনেকো। অসিগুম্বা কণ্ড হৌদি অসিদি নাপী-শীংবী, চরু-রাইরুদা নত্তনা রবর, প্লাস্টীকনচিংবা পোৎথি-পোৎকুম কয়া য়াউই। মসিগী মৈখু অসি মনম নমথীবা ফাওই। মৈখু অসিদা ঐখোয় মীওইবদা তোঙ্খিক ওইবা হায়বদি হু ওইবা পোৎচাক কয়া য়াউই। মসিনা নুংশিৎ শেংহন্দবদা নত্তনা মীওইবগী

হুরুচুং কহন্দে। অম্বুনা নখোয়গু য়ারিবসুইঁ মৈ খাদনবা হোৎনখদবনি। কত্ত-হৌদিগিং অদি কোম অমা তৌরগা মকম চানা ফুমজিনখদবনি, মৈ খারোইদবনি। অসুম্না তৌরবদি অকায়বা করিম্বু লৈরয়োইকো। মসিনা অহোইনহুম হার কাওবা ওইরিবনি।

ইমোচানা ওক্না হংলকই,—এঃ অছুদি কররম্না ওইরদৌরিবা ?

মচেহলনা মখোয় অহুমদা য়েংলহুনা হায়রকই,—ঐখোয়গী মনিংদা কোম মচা অমা লৈবছুদা কত্ত-হৌদি লুখাক-চাখাক, খাদনৈদনা। ঐখোয় মকমহুদা চৎসি লাকও।

মখোয় অহুম্মক মচেহলগী মতুং ইন্দুনা খোঙবাল মচাহু তাম্না লাক্লে। মচেহলনা ইমোচাদা থাংজৌ অমা লৌহন্নুরে। কোম অহুদা পৈরিবা কত্ত-হৌদি অহু খোত্তোকহল্লে। অসুম্না খোত্তোকপদা তিঙ্খ্রাক খরা তিল-কাঙ মচা মচা খরা থেংলৈ।

বেনানা তিঙ্খ্রাক উবদা তুকচ্চবনা মচিন পৈহুনা মমাই লৈথোরকই। মচেহলনা মহু উবদা নোক্লহুনা ইমোচাদা 'মখা তানা খোত্তোক্লুরবম্বু য়ারে, নচেচাসে তিঙ্খ্রাক উবদা হঙ্গোইরমাল্লে!' হায়হুনা খাল্লকই।

ইমোচানা শোম্বাংননা হায়রকই,--চেমা, অছুদি কমদৌনি ? খজিক্কুং খোৎপদা ঙাইরি—।

মচেহলনা নোক্লহুনা ইমোচাবু থেমজিনবিহুনা হায়রকই,— অঙাওবসিদি, রা হায়গে তাও, কত্ত-হৌদি খোঙবান মচা অমদা পৈশিন্দুনা থম্বদা হার কাওবা ওল্লি হায়খিদনা নখোয়দা। মহুনি ঐখোয়না য়েংলিবসি। য়েংউ, ঐখোয়না পৈশিনখিবা পোৎথি-পোৎকুম, কত্ত-হৌদিশিংদো অয়াম্বনা লৈবাক ওল্লম্লে। মসি করম্না ওইহল্লিবনো হায়বহু ঐ অমুক তাক্কে। ইমোচানা তোথোকপদা তিঙ্খ্রাক, তিল-কাং মচা মচা কয়া থেংনৈদনা। তিলশিং অদিদা নত্তনা কোকক্কাই সুজাম্বু

থেংনৈকো। মখোয়শিং অসিনা কন্ত-হৌদিশিং অসি চাখোক্তুনা চিকথংতুনা ম্যাংহল্লি লোয়নননা মখোয়না মহুক্তু তোপ-তোপ্পা পোংশক ওইনা পীখোরকই। মসি ঐখোয়না হায় ওইনা ইখোল কোয়বদা শিজিন্নবা য়াই।

থেনানা অতুরায়দা মনম নমথি হায়বদগী মখোয় লোয়নবক হায়গী কাদা হঙ্গিল্লক্নে।

থেনানা থঙনিংনা মচেদা হংজরকই,—শেংদবা মুংশিং হোজ্জিনবনা ঐখোয়গী হকচাংদা করি করি অকায়বা লাকপগে, চেপ্পা?

মচেহলনা পাউখুম পীরকই,—শেংদবা মুংশিং হোনজ্জিনবনা মী অমদি শা-যণশিংদা লায়না কয়া পোকহল্লি। অছুগা শিবা কাওবা য়াউই।

শেংদবা মুংশিং হোজ্জিনবদগী ইং ১৯৪৮ দা আমেরিকাগী দোনার হায়বা শহরতুদা মীওই লিশিং তরুকলোম নাখি, মী কুনলোম্মা শিথি। ইং ১৯৫২ দা লণ্ডনদা মী লিশিং মরিরোম কিল্লর স্মোক হায়না খঙনখিবা কয়লা মৈ চাকপদগী থোরকপা মৈখুগা লৈমায়দা থাবা লৈচিনগা য়ানশিন্নবা মৈথু অসিনা শিহনখি। নখোয়সু তায়রগনি; ঐখোয়গী ভারততুসু ভোপালদা গ্যাস লিক ওইবদগী মকমতুদা থবক তৌবা মীওই কয়া অশি-অনা য়াউখি।

শেংদবা মুংশিং হোজ্জিনবদগী অজমা অমসুং একজিমানা নাহল্লি, উফুল হোজ্জিনবনা সিলিকোসিস, লশিং মকোন হোজ্জিনবনা ক্লেক লং অসিনচিংবা লায়না কয়ানা নাহল্লি।

তাঙ্গা অসিদা ইমোচাগী মমান্নবা অবুং ইমোচা কৌহুনা চংলকই। মচেহলনা কৌশিন্দুনা নহানমথৈ লাক্লিবা করিগীনো হংলকই।

অবুংনা খুমকই,—ইচেমা, ঐ নহান লবুক্তগী মুমিদাংদা হল্লকপদা লাইমে থানবী ওকহুনা নাক্লমে।

ইমোচানা খঙহোদনা হংলকই,—অবুং, লাইশ্নে থানবী হায়বসু করম হাইনা তৌগে ?

অবুংনা মখুৎ তম্নহুনা হায়রকই,—এঃ, মহুদি মৈবুলদৌনা তৌই।

ইমোচানা খঙনিংনা মচেহনসদা হংজরকই,—চেমা, লাইশ্নে থানবী হায়বসিবু করিনো ?

মচেহলনা শন্দোক্না তাকপিরকই,—লাইশ্নে থানবী হায়বসি কত্তবা গ্যাসনি, মসিনা নুংশিৎকা থেংনবদা মৈ চাক্লকই। গ্যাস অসি অপূম-অশা মরক্তগী থোরকপা মিথেন গ্যাসনি। মসিনা নুংশিৎতা য়াওবা ওক্সিজেনগা থেংনরগা মৈবুল ওইনা চাক্লকই। মসিগী গ্যাস অসিনা হকচাংদা ফুবদা শোর হোঙ্জিনবদা নাহল্লিবনি। অহুনা পাম্থি-কোমথি, অপূম-অশা লৈবা মকম, নোংথি-নোংমংবা মতম অসিদা খক চৎলোই-দবনিকো।

ইমোচানা অমুক হংলকই,—চুরুট-বিড়ীগী মৈখু, হরাগাড়ীগী মৈখুশিং অসিনা ঐখোয়গী হকচাংদা করি অকায়বা থোকহনবগে ?

মচেহলনা হায়রকই,—হরাগাড়ীদগী থোরকপা মৈখু, চুরুট-বিড়ীগী মৈখু, স্টোভকী মৈখু অসিনচিংবা মৈখুশিংসিদা কার্বোন মোনোক্সাইদ য়াওবা নুংশিৎ অসি হোঙ্জিনবনা কোক ঙাওবা, চানিং থক্লিংবা পোক্তবা, ওনিংবা, মশেন-মরাং উবা, রাখল খন্থবা ঙমদবনচিংবা লায়ওং কয়া খুদকী ওইনা লাকপা য়াই। অহুনা শেংদবা নুংশিৎ হোঙ্জিনবনা মখল কয়াগী লায়না পোকহল্লি, মতম শাংনা মাহন্দুনা লৈহল্লি।

অহুগা নখোয়দা য়াম্না খঙহন্নিংবা অমনা—চুরুট উপুদা থারিবা 'Smoking is injurious to health' হায়দগী অর্থদি 'মৈখু থকপনা হকচাং শোকহল্লি' মসিগী অর্থ নখোয় মুন্না খঙগদবনি। অহুগা অমনা মৈখু থক্লিবা মীশক অহুদা নত্তনা মনম তারিবা মখোয়দসু কৎহন্দে। অহুনা মীয়াম তীনবা মফমদা মৈখু শিঙ্জিন্নদনবা 'No smoking'

'চুরুট থকপিগনু' নচিংবা Sign কয়াগা লোয়ননা থাবা থেংনরমগনি অহুনা অনাগুম্বা মীশক অমতনা হায়রিবা মীয়াম তীনকম, হরাগাড়ী




(থুংলেক ২)

মসুং, হোল মনুংনচিংবদা মৈথু শিজিন্নবা য়াদে। করিগুম্বা শিজিন্ন-রক্লবস্থ মখোয়বু থিংগদবনি ; থিংবদা য়াক্রবদি দণ্ডি পিবা য়াই।

অবুংনা হায়রকই-—নহান হরাগাড়ী তোংহনা থবক অমা চৎপদা গাড়ী মনুংহুদা অহল অমনা ইনাক্তা বিড়ী থক্লকই। ঐ মনম নমথীবগা কোক ঙাওবগনা য়াম্না রানা থাঙখি। মতুংদদি, ইচেমনা তাকপিরবনিনা থক্কনবা হাল্লরনি। হায়বদি মহু থিংনবগী অধিকার লৈরবনিনা।

অবেম্বা মচেহলদা হায়রকই,—চেমা, নহান অবোক্কা শোয়াৎ অমা চৎলুই। মহুদা শোয়াৎ লাকপা মীশিংহু চুরুট-বিড়ী য়েল্লি; অহুম থক্লে। কনাসু করিসু হায়নদে।

মচেনা হায়রকই,—মতু অকবা নত্তে। মখোয়না মৈথুগী অমাঙবা কয়াহু থঙদহনা তৌরিবনি। মসিগী চৎনবী অসি হৌজিক্তি খিংবা য়াম্না দরকার ওইরবনি। অহুনা মীপুম তিংনা মৈখু থকপগী হৈনবা থাদোকহনবা, থিংলিবা মফম অহুদা থক্তনবা মশাগী হকচাংহু কয়াম ফৎহন্দবগে, অহুগা মাদা নত্তনা অতোপ্পা মনম তারিবা মীহুসু ফৎহন্দে হায়বা তাকপিবা, অমুম্না তৌরবদি য়াম্না ফগনি। অহুনা নখোয় নশানা জ্ঞান তাজবদা নত্তনা মীওই অতৈবুসু জ্ঞান তানবা তাকদবনিকো।

বেনানা রাখল তৌনা হংলকই,—লানগী খুৎশু খুৎলায় খুদম ওইনা ন্যুক্লিয়ার এক্সপ্লোজন তৌবদা মসিদগী খোরকপা গ্যাসশিংসিসু নুংশিৎপু য়াম্না শাথীনা শেংক্লপ্লোইদবা মাল্লি ?



( খুৎয়েক ৩ )

ন্যুক্লিয়ার এক্সপ্লোজন

মচেনা থুম্নকই,- তোয়, মসিদগী থোয়কপা গ্যাস অসিদি লুংশিং শাথীনা শেংহন্দে। মসিনা রেদিও এক্টিভ পোলুসন থোকহল্লি। রেডিও এক্টিভ ওইবা কম্পাউণ্ড কয়া থোবক্তুনা লুংশিংতা তিল্লে। মসিনা লাযেংবদা য়াবা, লায়েংবা ওমদবা, শাথী শাথীবা লায়না কয়া থোকহল্লি।

করে, ওসিদি স্বাইদা স্তুম লোইশিল্লসি। নখোয়সু য়ান্না চোকথ-রম্নগনি। হয়েংদি নখোয় লোইনমক ওন্তা লাকউ।

মখোয় মরিমক হবাউ-হয়াউ কাহুদগী মপান্দা থোকখ্রে।

মথংগী নুমিৎতা মখোয় মরিমক তাম্নগী কাহুদা চংলক্তুনা ফম্নরে।

বেনানা হংলকই,—চমনা ওয়াং শেংদবা লুংশিংনা ঐখোয় মীওইবা, শ-ষণশিংদা করি কবি অকায়বা পীবগে হাযবতু তাকপিহুনা থম্না খঙজরে। অদুগা শেংদবা লুংশিং অসিনা মনা-মশিং পাম্বীশিংদদি করিস্তু অকায়বা পীব্রা?

মচেংলনা পাউথুম পীবকই,—শেংদবা লুংশিংনা মনা-মশিং পাম্বী-শিংদসু ফংহন্দে। পাম্বীগী মনানা শেংদবা লুংশিং চুপশিনবদগী মনা অহু মযুৎ মমুৎ হোবা, মচু মাংবা, কেনবা অসিনচিংবা থোকই। মসিদসু নত্তনা শিবা ফাওবা য়াওই। মসিদগীদি উমং ফাওবা মাংখিবা য়াবগী অকিবা লৈ। অহুদা নত্তনা লৌউ শীংউবা ফাওবা য়াহন্দে।

বনানা অমুক হংলকই —হয়া-লুংশিং অমদি নোংজু-লুংশাগী কিভমদা মসিনা কবি অকাযবা লাকপগে?

মচেংলনা পাউথুম পীবকই,— শেংদবা লুংশিং শিং, নোংজু-লুংশাগী কিভম হোংদোকপা ওম্মী। লুংশাগী ।। অমদি অশিংপা লুংশিংনা শেংদবা লুংশিং অসি হুমদন ...নথোকই। করিগুম্বা মতমদা 'টেম্পরেচর ইনভর্সন' ফাওবা থোক...লি।

অবুংনা হংলকই,—ইচেমা, 'টেম্পরেচর ইনভরসন' হায়বসিবু করিনো ? করম্না থোক্লিবনো ?

মচেহল্লনা তাকপিরকই,— মহৌশানা নুংশিৎ অসি অশাবা নুংশিৎনা পৃথিবীগী লৈমায়গা তাইননা লৈ অমুগা অঙৈংবা নুংশিৎনা মথক্তা লৈ। অমুবু কবিগুম্বা মতমদা অঙৈংবা নুংশিৎনা লৈমায়গা তাইননা লৈরগা অশাবা নুংশিৎনা মথক্তা লৈবা য়াওই ; মসিবু 'টেম্পরেচর ইনভরসন' কৌই।

মসিদগী ঐখোয়না খঙলে, টেম্পবেচর ইনভরসন অসিগী মতমদা লৈমাযগা তাইনবা অঙৈংবা নুংশিৎকী শরুকপু অশাবা নুংশিৎ মরোলনা নুপশিল্লকই। মবমসিদগী মৈথুনচিংবা নুংশিৎ শেংহন্দবা মচাক কয়া মহৌশাগী মওংদা মথক্তা পাইখৎখিদুনা চাইথোকখিবা ঙমদে। নুংশিৎ শেংহন্দবা মচাকশিংদু লৈমায়গা তাইনবা অঙৈংবা নুংশিৎতা ঈরিদুনা লৈ। অসিগুম্বা ফত্তবা পোৎচাকশিংসিনা মথং মথং য়ামথৎলক্লুনা য়াম্না শাথীনা নুংশিৎ শেংহন্দবা ওম্মী।

ইমোচানা মচেহলদা য়েংলদুনা হায়রকই,—ঐখোয়গী পৃথিবীদা কার্বোন দাইওক্সাইদকী চাং য়াম্না হেনগৎলক্লে, অদুনা শাবঙ্গু নোংম-নোংমগী হেনগৎলক্লে হায়না তত্তুনা হায়নৈ। অদুনা মসিগী মতাংদা ওগায়না তাকপিয়ু।

মচেহল্লনা শন্দোক্না তাক্লদুনা হায়রকই,—পৃথিবীদা নুংশিৎতা য়াওকম থোকপা কার্বোন দাইওক্সাইদকী চাংদগী হেন্না য়াওবা হায়বসি নুংশিৎ শেংহন্দবগী খুদম অমনি। কার্বোন দাইওক্সাইদ হেনগৎলকপগী মরমদি কয়লা, পেট্রোলিয়মনচিংবা পোথোক কয়া অমুগা কার্বোনগী কম্পাউণ্ড কয়া শিজিন্নরকপা হেনগৎলকপা অমুগা উপাল-রাপাল, অশং-অমান কয়া য়াম্লোকপা, উমং কোকথোকপা অসিনচিংবা কয়াদগীনি

কার্বোন দাইওক্সাইদ অসি নুংশিৎ শেংহন্দনবগী মচাক অমা ওইবতা নত্তনা অঙ্গ অশাগী ফিভমদা মসিনা চৈথেং কয়া'মা পী। মসিনা গ্রীন হাউস ইফেক্ক থোকহল্লি। নখোয়স্ন গ্রীন হাউস ইফেক্ক হায়বসি তাবল্লগনি। মসি নখোয়না খঙদবা যাদবা রাফম অমনি। অঙনা খুদমগা লোয়নননা ভাব তানবা তাক্কে মুন্না তাউ।

তাঞ্জা অসিদা কারগী হোন অমা তারকই। ইমোচা গেট হাংলুনবা থোকখি। মচেহলনা লৈহৌবিবা মখোয় অহুমত্তগা লোয়নননা মপান্দা পুথোরক্লে। মপান্দা মপাবুংগী কার খামত্নুনা লৈবক্মী। মচেহলনা



(খুৎয়েক ৯)

কার মনুংদা অঙাং মরি

ইমোচাবুস্থ কৌশিল্লে। অত্তুগা মখোয় মরিমক কার মনুংদা কাখৎহল্লে। মখোয়না নোম খোৎতুনা নোক্কুমা লৈবত্নু ময়েংলদুসা মচেহলনা 'কার তোংবা নুংঙাইকো' হায়দুনা লক্লরকই। ঙাইহাক অস্নমা লৈরগা

মচেহলনা কারগী মিংশেল পানবা থোঙ-থোঙনাওশিং অহু খিংজিল্লে। মচেহলনা থোরদ্রিক্কাওবা করিমতা লেঙবা য়াদে; থোঙ-থোঙনাউ হাংদোকপা য়াদে হায়রম্লগা চৎখ্রে।

মখোয় ঙাইহাক ৱারী শাহুনা নুংঙাইনা লৈরম্মী। গাড়ীহু কালেনগী নুংশানা ফুৰগনা মনুংদা লৈবদা মখোয় য়াম্না শাৱে। হুমাং ৱ ৱ কাংলে। মখোয়না মচেহল থোরককদবা মাইকৈদা য়েংহুনা লৈবহু মচেহলনা উরে। মচেহলনা থোঙ হাংদোক্লুনা হান্নগী খন্নকম কাহু তান্না পুরক্লে। মখোয়বু ফেন থাহুনা ঈংথহল্লে। স্বাশ পুখোক্লুনা পীথক্লে। মহুদদি মখোয় হান্নগুম অমুক তেকখৎলক্লে।

মচেহলনা হায়রকই,—নখোয় অহানবা কার মনুংদা লৈবহুদদি করিসু তৌদে অহুগা থোং থিংজিনবদগী য়াম্না শাগৎলক্লে নত্রা?

মখোয়না হায়রকই,—হোয়, থোঙ লোয়নমক থিংজিনবগা নুংশানগা ফুবগা ঐখোয় শোর ফাওবা থিংগে তৌই।

মচেহলনা হায়রকই,—অহুদি মুন্না তারো। নুংশাগী মঙাল অহু মিংশেল অহুদা কাওজিল্লক্লুনা কার মনুংগী নুংশিৎ অহু শ্যাগৎহল্লকই; অহুগা মৈশা অহুদি মপান্দা থংদোকখিবা ঙমদে। অহুনা য়াম্না শারিবনি। মতৌ অস্নুম্না মরম কয়াদগী থোরকপা কার্বোন দাইওক্সাইদ গ্যাস অহুনা অস্নুম অস্নুম পৈশিল্লক্লুনা পৃথিবীসিদা কুয়োম অমগী মওংদা লৈখি। মসিনা নুশিৎকী মৈশা য়াম্না চুপশিন্দুনা পৃথিবীগী লৈমায়দা য়োহল্লকই অহুগা পৃথিবীদগী থক্লোরকপা মৈশা অহুদি কার্বোন দাইওক্সাইদকী কুয়োম অহু ফাওদোক্লুনা চৎখিবা ঙমদে। মসিবু গ্রীন হাউস ইফেক্ট হায়না খঙনৈ। মরমহুনা নুংশিত্তা কার্বোন দাইওক্সাইদকী চাং য়াম্না হেনগৎলক্লগা পৃথিবীদা শাবগী চাং হেনগৎলকই। শাবা হেঙ্গৎপা হায়বসি অফবা নত্তে। য়াম্না শারবদি ঐখোয় খাঙবা ঙমদে; ঙসায় নখোয়না ৱাখিবদো। অসিদা নত্তনা মী শা-ষণ শিবা ফাওবা

য়াওই। ঐখোয় খায়দা অশি-অনা খোকপা তাত্রবসু উত্রবসু নখোয়না রেডিও, টি. ভি., খবরনচিংবদগী কালেন্থা (মে-জুন) গী মতমদা অশি-অমাগী পাউ তারমগনি।

মসিদা নত্তনা ঐখোয়না লৈরিবা পৃথিবী অসিগী মেরুদা লৈরিবা উন অয়াম্বা শৌদোক্লকনি, অদুগা লোয়ন-লোয়ননা সমুদ্রগী ঈশিংগী ঈমায় হেনগৎলকনি। অদুমা সমুদ্রগী ঈমায় হেনগৎপসিনা পৃথিবীগী অনেম্বা কংকালগী শরুক অয়াম্বা ঈশিংদা লুপখিগনিকো।

ইমোচা অমসুং অবুং চপ মান্নন শোম্থাংননা হায়রকই,—অস, অদুদি শাবসি য়াম্না কত্তে!

বেনানা রাহং অমা হংলকই,—চেমা, ঐনা নোংমা খবর পাবদা বিজ্ঞানগী কলমদা ওজোনগী লৈরোন হায়বা অমা থেংনখি। মসিবু করিনো ভাব তানবা অমুক্তা তাকপিয়ু।



(থুৎয়েক ৫)

মচেহলনা তাকপিরকই,—পৃথিবীগী মপান থংবা নুংশিৎকী কুয়োমদা ওজোন হায়বা ওক্সিজেন অটোম অহুম্না শাবা মোলেকুল ($O_3$) অসিনা কুপশিন্দুনা লৈ। মসিনা নুমিৎকী মৈশা অয়াম্বা থক্তোকখিদুনা পৃথিবীদা য়োৎহল্লকপা ঙমদে। কবিঙম্বা নুমিৎকী মৈশা লোয়নমক (পৃথিবী তম্না লাকপা মৈশা) পৃথিবীদা য়োৎরকপা তারবদি থক্লায় পানবা অমত্তা লৈবা ঙম্লোই।

হৌজিক য়াম্না লুবা অমনা লৈরোন অসি পাথরক্লে। য়াম্না রাংনা পাইবা সুপরসোনিক এয়ার ক্রাফশিংদগী কামথোবকপা মৈখুনা পৃথিবীগী অকোয়বরা লৈবিবা ওজোনগী লৈপোল অসিগী চাং কম্থহল্লি। মসিনা মরম ওইদুনা অতেনবা রেশ্ত লেংথকী নুমিৎকী মৈশা কয়া পৃথিবীগী লৈমায় তম্না য়োৎকপা ঙমহল্লি। অসিগুম্বা কয়া অসিনা মথল মখা অয়াম্বা উনশাগী লাযনাশিং, উনশাগী কেন্সরনচিংবা কয়া থোকহল্লি। মৈগী চীং পোকখায়বদগী থোবকপা এইরোজোল হায়বা গ্যাস অসিনসু ওজোন্দা অমাংঅতা থোকহল্লি।

অসি হায়ব্রত্তুনী মচেহন্নুনী পিকচব অমা পুথোক্লুনা মখোয়বু য়েংহল্লি।

ইমোচানা মচেদা য়েংলহুনা হায়বকই,—ঐখোয়গী ইম্ফাল শহরদদি শোল্লবা নুংশিৎকী; চাং পন্নোম য়াম্না য়াউরমগদবা মান্দে।

মচেহলনা ওজুম্বা হায়রক্লকই,—ইম্ফাল শহরদদি অতৈ অতৈ শহর অচৌবশিংদৌনা য়াম্না শেংদবদি তৌদে। কয়লানচিংবা থাবগী মৈখু চেন্দে। অতুম ওইনমক উকুল-রাইফুল তাগ্নদি লম্বী শাবাক্না লৈবা ফত তৌদি কয়া গাড়ীনা তকপদগী থোকপা উফুল, ইঞ্জিন পানবা গাড়ীশিংগী মৈখু, তেঙ্গালি, ফত-তৌদি মে থাবা অসিনচিংবা কয়াদি। ইম্ফাল শহরগী নুংশিৎ শেংহন্দে। মণিপুরগী খুঙ্গ, অম দি

চীংগী লমদমদা লাম্নৈ থাবা, উমং-ৱামং মৈ থাবা অসিনচিংবদগী নুংশিৎ শেংহন্দে।

খুদম অমা হায়গে। নখোয়না য়াউশং ময়াদা নুমিদাংৱাইদা নুমিৎকী মচু অসি ভাংনা উব্রা? ঐখোয়গী অহল-লমনশিংনা নুমিৎ মশা নারে, মী অনা-অয়েক তৌরনি, অশি-অনা য়াম্না থোক্লনি হায়-নৈদনা? মখোয়না হায়রিবসি নখোয় থাজব্রা? মতমসিদা মিৎ নাবা য়াম্না তৌনৈ অত্থুগা অনা-অয়েকম্মু অত্থুম তৌই। অত্থুবু নুমিৎ নারে হায়বসিদি অর্থ অমা থোক্তে। মখোয়না নুমিৎ অসি ইরং লংনা উগদবদা ভাংনা উবত্থুনা নারে হেক্তা হায়জিনবনি।

অবেমনা মরক থৎনা হংলকই,—চেমা, অত্থুদি নুমিৎনা ভাংভিসে ৈ ৌদৌবৈনো?



( খুৎয়েক ৬ )

উমং মৈ চাকপা

মচেহলনা পাউখুম পীরকই,—মহৌশানা মণিপুরদা ফেব্রুয়ারী অমস্থুং মার্চ থাদা চীংগী উমং-রামং মৈ চাকই। মসিগী মৈখু, উফুল-নচিংবা কয়া নুংশিত্তা তিল্লি। অদুগা মতমসি নোং তাবা মতম নত্তবনা উফুলশিংসি নোংনা চামথোকখিগদবস্থু অস্তুম্না তৌগ্রে। অদুগা উফুল, মৈখুনচিংবগী মকুপ মকুপ ওইবা পোৎ কয়া নুংশিত্তা য়াওই। মসি নুমিদাংরাইদা নুমিৎ ঙাংনা উরিবনি। অদুনা, নুংশিত্তা অসিগুম্বা ফত্তবা পোৎ কয়া য়াওবসিনা অনা-অয়েক থোকপা য়াবগী খুদোংথীবা লৈ হায়বনি।

বেনানা মচেহলদা হায়রকই,—চেমা, নুংশিৎ শেংহন্নবা উপায়গদি লৈত্রা, খরা তাকপিয়ু।



( খুৎয়েক ৭ )

মচেহলনা তাকপিরকই,—লৈ, করিগী লৈতনি। নুংশিৎ শেংহন্দবা পোৎশিংদু নুংশিত্তা য়াওশিনহন্দবা অসিনা নুংশিৎ শেংহন্নবগী উপায়নি।

কল-কারখানা কয়াদগী থোরকপা মৈখুনচিংবা ফত্তবা পোৎ খুদিংমক লুংশিত্তা তিসত্রল্লিদৈডদা লৌথোকপা য়াই। মৈখু থোক্তবা গাড়ী পুথোরকপা, মৈখু চেন্দবা গাড়ী হায়বদি ইলেক্ট্রিক. সোলারনচিংবগী গাড়ী শহরদা শিজিন্নবা য়াই। লম্বী সোবোক উফুল হৌহন্দনবা হোৎনবা য়াই। তেঙ্গালি য়াম্না চেনবা থাউমৈ শিজিন্নদবা মসিগী মহুত্তা ইলেক্ট্রিক থাউমৈ শিজিন্নবা কৈ।

নখোয়সু উবা য়াউবমগনি। খ্বাইরমবন্দ বাজারদা লুমিদাংবাইদা পোৎয়োনবীশিংনা পোদোল থানবগী তেঙ্গালিগী মৈখু মুনা কারকপা অহু। তেঙ্গালিসিনা য়াম্না শাথিনা লুংশিং শেংহন্দে। অহুনা পোদোন শিজিন্নবা তোক্তুনা তেঙ্গালি য়াম্না কাদবা লালটেন নত্রগা বিজুলি থাউমৈ শিজিন্নবা কৈ।

অবুংনা থবক অমা লৈহৌই, ভসিদি য়ারগদি লোয়শিল্লসি হায়রকপদগী মচেহলনা মখোয় মরি ছুটি থাদোকপিরে। হয়েং অয়ুক ভস্তা লাকউ হায়না তাকপীরকই। মখোয়সু য়ারহুনা মচেহলদগী বিদায় লৌখ্রে।

মথংগী নুমিৎকী অয়ুক্তা মখোয় মরি মচেগী কাদা লাক্তুনা ফমরে। মচেহল লৈরমদে। অহুবু মখোয়না মচেদগী খঙখিবা তমখিবা কয়া অহু তান্নহুনা লৈ। মচে চংলকপদা মখোয় হরাওনা মচেদা মেংলকই।

ইমোচানা খঙহং চংলকই,—চেমা, ৱার্ল্ড ইনভাইবোনমেণ্ট দেদা উ-চাবগসু য়ম্না থানি হায়। উ থারগা কবি কান্নবগে ?

মচেহলনা তাকপিরকই,—নঙবু করিমত্তা খঙজিত্রনে ? ফরে ঐ অমুক হায়রগেকো। উ হায়নসি ঐখোয়গী থাবা য়াত্রবা অরুপ্পি

হায়গুম খুদেংথুগী মনিংদা লৈপাক-লৈভোই য়াওবা থেংনজ্রে। থবক অসি হন্না হন্না পাংথোকপদা হায়গুম খুদেং মনিংদা লৈপাক-লৈভোই কম্বা থেংনজ্রে।

থৌওংশিং অসি তাক্লদুনা মচেহলনা হায়রকই,—মসিগা মান্নবা মওংসি তুরেলশিংদা থোকইবনি। উপাল-রাপালশিংনা লৈপাক লৈহাউবু ফাজিন্দুনা থম্মী। হৌজিক তৌখিবা অনিশুবা থৌওং অদুদগী খঙবা ঙম্মে। নোংনা লৈপাক লৈহাউবু চেন্থহনবা ঙমদে। অদুনা উপাল রাপালশিং অসি লৈত্রবদি নোং হেক চুবগা লৈপাক লৈহাউ য়াম্না চেন্থদুনা ঈচেলনা পুখিদুনা তুরেলদা তারৈ। অসুম্না লৈপাক লৈহাউ মাং-তাকহল্লি; তুরেলগী খোঙনুংস্থ থেনগৎলকই; অহানবগী থৌওং অদুনা তাক্লে। অসুম্না খোংনুং থেনগৎলক্লবদি নোং তাবগা ঈশিং ঈচাও থোক্লনিকো। ঐখোয়গী তুরেলশিং অসি লোক্তাক্তা তারৈ। অদুনা ঈচেলনা পুথরকপা লৈপাক-লৈহাউশিং অদু লোক্তাক্তা তারৈ। অসুম্না তৌবসিনা লোক্তাক খোঙনুং থেনগৎলক্লিবনি। মদুগী কল ওইনা লোক্তাক মলটিপ্রপোজ প্রোজেক্কী মপুন্সি তেল্লনি। হায়বদি মতম শাংনা থবক অসি চলায়দুনা লৈবা য়াররোই। কবিগুম্বা লোক্তাক মলটিপ্রপোজ প্রোজেক অসিনা থবক লেপখিবা হায়বদি ঐখোয়গী লাইবক করি ওইগনি হায়বদু খল্লু। অদুনা পাম্বীশিং অসি কনগদবনি। অদুগা রাকম অমনা উমংনা (উ-রাশিংনা) ঈশিং চুপশিন্দুনা থমই। মসি চীংদা লৈবা মীওইশিংনা শিজিন্নরিবা অসিনি। অমরোমদা অমুক পাম্বীশিং অসিনা নোংজু-নুংশা ফাওবা লেপ্পা ঙম্মী।

ইমোচানা খঙনিংনা মচেহলদা হংলকই,—পাম্বীশিংনা নোংজু-নুংশা কমদৌনা লেপকদৌরিবনো ?

মচেহলনা হায়রকই,—মদুস্থ চাংযেং অমা তৌদুনা তাকে। ট্রান্সপিরেসন হায়বদু নখোয় তাবম্বা য়াম্মে। মসিগী অর্থদি পাম্বীশিংনা

মশাদগী অহেনবা ঈশিং মনাদগী থাদোরকপগী খৌওং অমনি। পাম্বীগী মনাদা য়াওবা ষ্টোমাটা হায়বা মখুল মচা মচা কয়া লৈ ; মখুলশিং অসিদগী ঈশিং মনিল পাক্টথোরকই। অয়েৎপা লাই অসিদা য়েংউ। মসি মনাবু মচেৎ মচা অমা পিক্না কল্লগা মাইক্রোস্কোপ্তা য়েংবদা উবা অহুনি।



( থুৎয়েক ১২ )

( থুৎয়েক ১২ মনাদা ষ্টোমাটা য়াওবা উৎপা ).

ট্রান্সপিরেসন অসিগী চাংয়েং অমা ভৌহনা য়েংসি।

চাংয়েংগীদমক মচেহলনা মখোয়দা পোলিথিন খাউ অঙোবা ( Colourless ) অচৌবা অমা, পাম্বী থাবা গমলা অমা, থৌরি মতং অমা অনি, ষ্টেন্দ ওইবা য়াবা ৰাচেৎ মতেক অমা পুরক্কবা তাকপিরকই। মখোয়না পোৎলমশিং অহু লাওলে। মচেহলনা মখোয়বু পোৎশিং অহুগা লোয়ননা নুংশা কংবা ম্নেমথা অদোমদা পুরক্লে।





( খুৎয়েক ১৩ )

নচেহলনা তাকপা মতুংইন্না পোলিথিন খাউ অচৌবা অহুগী মনুংদা গমলা অহু হাপ্পিল্লে। ৰাচেৎ মতেক অমা ষ্টেন্দ ওইনবা থেক্নুনা লৈমায়দা য়ুংশিল্লে। পোলিথিন খাউগী মচিন্দু থৌরি মতং

অমনা কিশিল্লে অহুগা মচিন অহুদা ষ্টেন্দ অহুগা শয়না ৱাচেৎ মতেক অমা ষ্টেন্দুদা কিশিল্লে অমস্তুং পোলিথিন খাউগী মচিন অহুস্তু ৱাচেৎ অহুদা কিশিল্লে।

থৌরাং অসি লোয়রগা মচেহলনা মখোয় পূম্নমক মথৌ অতৈ অতৈ তৌনরুরো, স্থুংথিলদা অমুক মফমসিদা লাকউ হায়দুনা থাদোকখ্রে।

স্থুংথিলদা মখোয় পূম্নমক লাক্লে। ঙসাই থনম্বা থবক অহুগী মনাক্তা চংহুনা য়েংহুনা লৈরে।



( থুৎয়েক ১৪ )

মচেহল থোরক্লুনা পোলিথিন থাউজুগী মথক থংবা শরুক অহুদা ঈশিং মরিক মরিক কারম্বা অহু মখোয়বু য়েংহল্লকই।

মচেহলনা মখোয়দা চাংয়েং অহুগী মরমদা শন্দোক্না তাক্লজুনা হায়রকই,— চাংয়েং অসিদগী ঐখোয়না থডলে মহুদি, পাম্বীশিংনা ঈশিং মনিল নুংশিত্তা তিলহল্লি। মসিনা লৈচিন শেম্বদা মতেং পাংই। অহুনা উমং-রামং কোকথোকপা, উপাল-রাপাল য়াম্থোকপা, লাম্নৈ থাবা অসিনচিংবনা নোং চুবগী চাং হম্বহল্লি। নখোয় আসামগী চেরাপুঞ্জি নোং য়াম্না তাবগীদমক মমিং চৎলি হায়বসি থজলবা নত্রা? অহুবু মকম অসি পাকতক্লনা উমং-রামং কোকথোকখিবদগী নোং চুবগী চাং হম্বরে।

অবুংনা মচেহলদা হংজরকই,— উ পাম্বীশিং অসি য়াম্না কান্নেকো। অহুবু নুমিদাংদা উ পাম্বী মথাদা তুম্বা ফত্তে হায়রিবনা করিগীনো?

মচেহলনা পাউখুম পীবিরকই,— উ-পাম্বীশিংনা নুংশা মঙাংদা কার্বোন দাইওক্সাইদ কাজিন্দুনা মচিঙাক শুংই হায়বা নখোয় থজত্রে। অহুবু মখোয় নুমিদাংদা তুম্মী হায়বদি মখোয়না মচিঙাক শুংবা তৌদ্রে। পাম্বীশিং অসিসু শোর হোল্লি। শোর হোনবদা ঐখোয়না তৌবগুম্না ওক্সিজেন লৌশিল্লি অদুগা কার্বোন দাইওক্সাইদ হোন্দোরকই। মসিগী ইরায় লায়বা চাংয়েং অমা তৌসি।

অসি হায়রহুনা মচেহলনা মখোয়দা শুনু কৌতা, লিক্লি অহাংবা অমা, হৈহ মহি থকপদা শিজিন্নবা পাইপ মচা অমা, লৌক্লনবা থোদারকই। পোৎশিংহু পুন্না পুরক্লবদা মচেহলনা তাকপগি মতুংইন্না শুনু কৌতাদগী শুনু ঈরুহু লিক্লি অহুদা হৈজিল্লে. পাইপ মচাহু লিক্লিহুদা থিংজিল্লে, অদুগা শোর কামশিল্লে। শুনু ঈরুহু শাংগাম মচু মাল্লক্লে।

মচেহলনা লিক্লিহু উৎলহুনা হায়রকই, 'ঈশিংগুম্না মচু লৈৱমদবা শুন্নু ঈরুহু শোর কামশিনবদা কার্বোন দাইওক্সাইদ চংখিহুনা কেলসিয়ম কার্বোনেট কম্পাউণ্ড শেম্বদগী শঙ্গোম মচু মাল্লক্লিবনি। অহুনা চাংয়েং অশিদগী ঐখোয়না হৌজিক খণ্ডলে মহুদি, শোর হোন্দোকপদ্দা কার্বোন, দাইওক্সাইদ থাদোরকই। মতৌ অম্মু পাম্বীনা ওক্সিজেন লৌশিন্দুনা কার্বোন দাইওক্সাইদ থাদোরকই। নুংশা মঙালদদি শোর হোনবদা থাদোরক্লিবা কার্বোন দাইওক্সাইদ অহু অমুক লৌশিন্দুনা মচিঞ্জাক শুংবদা শিজিন্নে। অহুবু নুমিদাংদদি মচিঞ্জাক শুংবা লেপ্লবনা শোর হোনবদা থাদোরকপা কার্বোন দাইওক্সাইদ অমুক লৌশিন্দ্রে, পাম্বীগী অকোইবা চায়থোক্কুদা লৈরে। ঐখোয়সু শোর হোনবদা ওক্সিজেন লৌশিল্লগা কার্বোন দাইওক্সাইদ থাদোরক্লিবনি। অহুনা মনা পুংবা উ-পাম্বী মখোঙদা অহিং তুম্বা তারবদি করি থোকপা য়াবগে হায়বহু খল্লু।'

ইমোচানা ওক্কুনা হায়রকই,—ইস! অহুদি য়াম্না ফজে। ঐখোয়না শোর হোন্নবা ওক্সিজেনসু মতিক চানা ফংলরোই, অহুগা শোর হোনজিনবদা ফত্তবা কার্বোন দাইওক্সাইদ গ্যাস ঙাক্তা অকোইবদা লৈরে। অহুনদি ঐখোয় শোর হোনবা ঙমদবা য়াই। রাম্থবা ফাওবা য়াই।'

মখোয় মরিমক্না মচেহলদা য়াম্না খঙনিংনা হংজরকই,—ইচেমা, অহুদি নুংশিৎ শেংহন্নবা ঐখোয়না তৌবা য়াবা থবক করি করি লৈবগে? অমুক্তা তাকপিয়ু।

মচেহলনা তাকপিরকই,—নখোয়না তৌবা য়াবা থবক য়াম্না লৈ। মহু ঐ খরা হায়গে নখোয় মুন্না তারোকো।

১। উ-রা মরম লৈতনা য়ান্দবা। কল্বিগুম্বা য়ানবা তারবসু 'উ অমা য়াল্লবদি উ চারা অনি পাজিল্লু' হায়বা রাক্ষম অসি ইনগদবনি।

২। কত্ত-হৌদি মৈ থাদোকপগী মহুত্তা মক্ষম চাবা অমদা কোমনচিংবা তৌহুনা পৈশিনগদবনি।

৩। তেঙ্গালি চেনবা থাউমৈ শিজিন্নবা তোকদবনি।

৪। মৈখু থকপগী হৈনবী থগ্লোইদবনি। কনাগুম্বনা করিগুম্বা মীয়াম তীনবা মক্ষম, গাড়ী মনুংনচিংবা মক্ষমদা মৈখু শিজিন্নরক্লবদি মখোয়বু ভাব তানবা তাকপগা লোয়ননা থিংগদবনি।

৫। লম্বী শোবোক্তা কত্ত-হৌদি হুন্দোক্লোইদবনি।

৬। লম্বী শোরোক্তা, নাকন্দা, মীয়াম তীনক্ষম মনাক্তা মৈ থাবনচিংবা (মৈখু য়াম্না কাবা) তৌরোইদবনি।

৭। মৈখু চেন্দবা লৈবং শেমহুনা মৈখু য়াম্না থোক্তনবা অমসু- শিং (ফুএল) য়াম্না চংদনবা হোৎনগদবনি।

৮। অশেংবা নুংশিৎ কংনবগীদমক যুম-কৈ, স্কুল, লম্বী-শোরোক, ঐখোয়না লৈরিবা অকোয়বসিবু লু-নাম্না থমগদবনি।

মসিনি অভাংশা, নখোয়না তৌগদবা, খঙগদবা হায়ববু। করে, ঙসিদি নখোয় থবকস্তু য়াম্না তৌখ্রে, রাবয়্রনি, রাজ্রনে নখোয়বো?

মখোয় মরিমক্তা খুম্লকই,— রাদে।

ইমোচানা অমুক মখা তাথরকই,— চাংয়েং তৌরগা তাকপিবসিনা ভাব তাবা হেল্লি, রাদে, ঐদি য়াম্না নুংঙাই। হয়েংখৈস্তু অস্তুম্না তৌসি, অম্মুম্মাইনা অহুম তাকপিবু চেমা।

মচেহলনা মখোয় মরি ঙসিগী ওইনা ছুটি থাদোকপিরদুনা হয়েং মুংথিল লাক্লবা তাকপিশ্রে।

মথংগী নুমিৎকী মুংথিলদা মখোয় মরিমক লাক্লুনা মচেহলগী কাদা পুল্লরে। হান্নগুম রায়ী-রাভাই চৎথরকই।

বেনানা মচেহলদা য়েংলদুনা হায়জরকই,—ইচেমনা মুংশিৎ শেংহন্দবগী মরমদা তাকপিদুনা নুংশিৎ হায়বসি করিনো, মসিবু করম্না শেংহন্দবা অমদি মসিগী কল অদুগা নুংশিৎ শেংহন্দবা অসিদগী করম্না ভাকথোকনি, কনগনি হায়বনচিংবগী মরমদা তাকপিদুনা খরা খঙজরে। হৌজিক অমুক ঈশিং শেংহন্দবা অসিগী মরমদা খরা তাকপিয়ু।

মচেহলনা হায়রকই,—হোয় হোয়, তাক্নে। অহানবদা ঈশিং শেংহন্দবা অসি নৈনম্রিঙৈদা ঈশিং অসি করিনো হায়বদু হান্না তাকখিগে।

ঈশিং অসি মহি ওইবা পোৎনি। মসিগী মচু লৈতে, মহাউ য়াউদে। মসি শকওং অহুমদা লৈ— 'মনিল, মহি অমসুং মপং। মনিলনা ঈশিং মনিল, মহিনা পুখ্রি, পাৎ, তুরেলনচিংবদগী ঐখোয়না নুংতিগী শিজিন্নরিবা ঈশিং অসিবুনি অদুগা মপংনা ভন, লেন অসিবুনি। ঈশিংগী মওং অহুমসি অমনা অমদা হেক্তা ওন্থোকপা ঙমই। ঈশিংনা ভন ওইনা কমজিনখা ঙম্বগী চাংসি 0°C নি অদুগা মনিল ওইবা ঙম্বগী চাংনা 100°C নি। ইশিং অসি হাইড্রোজেন এতোম অনিগা ওক্সিজেন এতোম অমগা পুনশিন্নদুনা শেম্বা কম্পাউণ্ড অমনি।

পৃথিবীগী শরুক মরি খোকপগী অহুমদি ঈশিংনি। ঈশিং অসি পাৎ, তুরেল, পুখ্রি, সমুদ্র অমসুং লৈনুংদা লংই। য়েংউ গ্রোবসিদা

অসি হায়রম্লনা গ্লোব অমা পুথোক্লগা খিন-খিন্দুনা ঈশিং অমসুং কংকালগী শক্ক তাক্লকই।



( খুৎয়েক ১৫ )

মখোয় মরিনা ঈশিংগী শরুকশিংডু উবদা ভক্লকই। মচেনা হায়রিবডু চুমই হায়বা খল্লকই।

মচেহলনা মখা তাথরকই,—হৌজিক অমুক ঈশিং শেংহন্দবা অসিগী মরমদা নৈনরসি।

মহৌশানা ঐখোয়না ফত্ত-হৌদি অমদি কাম্লব্রবা পোৎ কয়ামরুম পুথ্রি, পাৎ, তুরেল অমদি সমুদ্রগী ঈশিংদা থাদরি। মী কুংনা তাবা

শহরশিংদা অসিগুম্বা ঈশিংদা থাওবা অমোৎ-অকায়গী চাং অসি অঙকপগী মশক ওইনা য়ামল্লে। য়েংউ পিকচরমসিদা, মসিনা শহরদগী কত্তবা ঈশিং থাদরকইবসে; অদুগা পিকচর অমসিদা অমুক য়েংউ, মসিনা কেক্টরিদগী অমোৎপা ঈশিং থাদরকইবসে। অসি হায়রিবা পিকচর অনিথক মথং মথং উৎলকই।



( খুৎয়েক ১৬ )

( শহরদগী ঈশিং থাদরকপা )

মচেহলনা মথা তাথরকই,—অসুম্না থাদরকপা কত্ত-হ্রোদি, অমোৎ-অকায় ময়াম অসিনা তারুরিবা পাৎ-তুরেলশিং অহু য়াম্না শাথীনা লৈংহন্দে। মণিপুরদসু ইম্ফাল শহরগী মনাক্তা চেনবা নম্বুল তুরেল, নাগা তুরেলগী ঈশিং অঙকপা কংনা লৈংহন্দে।



( খুৎয়েক ১৭ )

( ফেক্টরিদগী ঈশিং অমোৎপা থাদরকপা )

অবুংনা হংলকই,—ইচেমা, শহরদা নত্তবা খুঙ্গংদা লৈবা পুখ্রি, পাৎ, ভুরেলগী ঈশিং অসিদি শেংদবা তৌদেকো ?

মচেহল্লনা পাউখুম পীরকই,—শহরগীগুম্নদি শেংদবা তৌদে। অদুম্ম ওইনম্নক লোবুক্তা খুৎশেম্নগী হায় চাইবা অমস্নুং লৌদা তাবা ভীলশিং অহু হাৎমবগীদম্নক কেমিকেলগী ওইমা মচাক, হিদাক কয়া কায়া, চাইবা শুতবা তৌনৈ ; মসিবু ঈচেলনা পুখরক্তবা পুখ্রি, পাৎ, ভুরেলনচিংবগী ঈশিংদা তিনৈ। ঈশিংদা তিনখিবা হিদাকশিং অদুমা মরম ওইদুনা মকম তাদুগী ঈশিং শেংহল্লে।

বেনানা হংলকই,—পুখ্রিগী ঈশিংসি পুম্মে হায়ত্বনা হেক হেক তৌই মসিবু কমদৌনা পুন্নক্লিবগে ?



( খুৎয়েক ১৮ )

( নঙ্গলদা পোরগা হিদাক চাইবা )

মচেনা ত্তাকপিরকই,—মহৌশানা ঈশিংদা হৌবা এলগিনচিংবা পাম্বী মচা-মচা কয়া ঙানচিংবা ঈশিংদা লৈবা জীব কয়ানা চাথোকই। অদুবু পুখ্রিদা ঈরুজশিনবা, শাপোন নোইশিনবা, ফিগু-ফিজাম তৌশিনবা শা-ষণ ইরুজশিনবিবা, কোল-লিক চামশিনবা, খোংবান-ঈরম কয়াগী ঈরম কাৎচিনবা অসিনচিংবা কয়াদগী ঈশিং অসি নেংহল্লক্তে।

শেংহন্দবা অসিনা মরম ওইদুনা, ঈশিংদা নাইত্রেৎ অমম্বুং ফোসফেৎকী চাং ক্লায়া য়াওরকই। মসিদগী ঈশিংগী পাম্বী মচাশিংদি কা হেন্না হৌজিল্লকই। অসিগুম্বা পাম্বী মচাশিং (কঙনচিংবা) হৌরকপগী চাং হেন্দুনা মথক থংবা মরোলনা মখাগী মরোল কুপশিনখিদুনা মখা থংবা মরোলদা মুংশা মঙাল য়োৗবা ঙমদে। অদুদগীদি মখা থংবা পাম্বীগী মরোলদু পথরকই। পথবদা ঈশিংদা তুমদুনা য়াওবা ওক্সিজেন চংখি। ঙানচিংবা ঈশিংদা হিংবা জীবশিং ঈশিং মনুংদা শোর হোনবদা শিজিন্নগদবা ওক্সিজেন্দু ফজনা লৈত্রবনিনা শিখি, লোয়ননা পুমথরকই।

ইমোচানা হায়রকই,—মণিপুরদা পাৎ কয়া মুৎশিল্লক্লে; হায়রিবসিগী মরম শুগায়না খরা তাকপিয়ু।

মচেহলনা হায়রকই,—ঙসাই হায়খ্রিবা লৌবুক্তা হিদাক চাইবা, ফত্ত-হৌদি তুরেলদা থাদবা অসিদগী নাইত্রেৎ অমম্বুং ফোসফেট মরাং কায়না য়াওবা পাৎশিং ওইরকই। মরমদি ঈচেলনা শেংহন্দবা পোৎশিংসি পুথরক্তুনা পাৎশিংদা তিল্লে। অম্বুম্না হায়না নাইত্রেৎ অমম্বুং ফোসফেৎ মরাং কায়না য়াওরবা পাৎশিংদা পাম্বীশিং অমম্বুং ঙানচিংবা জীব কয়া পুমথবদগী থোকপা পাম্বী হৌবদা হার ওইবা মচাক কয়ামুক হাপচিল্লকই। মরম অদুনা মথল মখা কয়াগী পাম্বী মচা মচা কয়া পাৎসিদা হৌগৎলকই। মমৈদা পাৎতু পাম্বী-শিংনাং হৌবা ঈশিং তুংবা ফুমদি, ওইরকই। মতৌ অম্বুম্না পাৎকী মপুংসি লোইশিনখি। থুদম অমা হায়গে, লম্ফেল অসি পাৎ ওইরম্বনি অদুবু হৌজিক্তি মকম অসি পাৎ ওইরম্মী হায়বদা চিংনিংঙাই ওইরে।

মতৌ অম্বুম্না মণিপুরগী পাৎ কয়া মুৎশিল্লকপা য়াই।

ইমোচানা অমুক হায়রকই,—ঐখোয়না নহান লোক্তাক্তা এক্সকরসন চৎলুবদা ওজানা পাৎতা লৈরিবা ফুমদি, কবোকংনচিংবদা থিন্দুনা তাকপিরকই। ঙাম্সু পংলৈ লৈত্রে হায়। ঐখোয়না ঙা-কাবা মী অমগা রারী শানবদা ঙা য়াম্না মুৎশিল্লক্লে, ঙা চাবা ফংনরক্রবা য়াই হায়।

অবুংনা ওক্লুনা হায়রকই,—ঙসাই চেমনা তাকপিথ্রিবা অদুনি। পাম্বীদা হিদাক চাইবদগী চুমথরকপা ফত্ত-হৌদিশিং তুরেলদা থাদবা অসিনচিংবা কয়াদগী ঈশিংদু শেংহন্দ্রে। অদুদগীদি ঙসাই হায়খিবগুম ঙাগী মশিংসু হন্থরে।

ইমোচানা নোক্লদুনা হায়রকই,—অবু., ঐদি রা অমা নিংশিংলক্লে। নহান ইবানিম্না ঙাতোন চাসি হায়দুনা বাজার তান্না চৎলগা কোইথি থিরগা লৈরুবদো! অদুগা ইমানা ঙাতোনসু নত্তে রৌ মচানি হায়রকপদো।

ইমোচাগী রাসি তাবদা মখোয় ময়ামসু য়াওনা নোক্লকই।

বেনানা মাইথোং খঙহন হঞ্জিদুনা মচেহলদা 'ঙাতোন ফংদ্রিবা করিগীনো' হংলকই।

মচেহলনা তাকপিরকই,—খ্বাইদগী চানজবা ঙাতোন মচা কোক-ফমসি রাইথৌ পাৎনি। খুৎশেম্না রাইথৌ-পাৎ মশক হোংহনখিবদগী ঙাতোন, খাবক মরুম কোকফম লৈতবদগী ঙাতোন মশক উবা ফংদ্রিবনি।

তাঞ্জা অসিদা অবেম্না নোং তারকএ, কি লৌশিল্লুখিগে, ঐ লাক্লিক্ফাওবা খন্ন-নৈনবদু চত্থরম্বা য়াদে হায়রম্লগা কি লৌশিনবা থোকখি। মচেহলসু পোৎ-চৈ লোইশিল্লুনবা থোকখি।

মখোয় অহুম তুমিন্না লৈবা হৈনদদুনা খন্ন-নৈনরকই। শঙাই মশিং হন্থরকপগী মরমদা অমনা হায়রকই, লোক্তাক্তা হৌবা ফুমদি

পাথরকপননি হায়নৈ হায়না। অমনা অমুক হায়রকই—ফুমদি কমদৌনা পাথম্লকইবনো ?—লোক্তাক থেনগৎলকপননি। তুরেলশিংগী ঈচেল্লনা লৈখোম"লৈনাং কয়া পুথরকপা, অসিনা লোক্তাক খোঙনুং থেনগৎলকই। অসুম্না মখোয় অমনা অমদা অরায়-অখুম তৌনরি।

মচেহ্নল তুমিন্না চংলক্নুনা মখোয়না খন্ন-নৈনরিবদু ঙাইহাক তাদুনা লৈরগা মখোয়গী মরক থৎতুনা হায়রকই,—অঙাংশা, শঙাইগী রাক্ষমহ ঐ তাকে—

অঙাংশিং মচেহ্নলদা তাকহল্লসি হায়না লাংনরকই।

মচেহ্নলনা মথা তাথম্লকই,—পৃথিবী ফাওনা মমিং চৎলবা 'শঙাই' হায়রিবা শজি মখল অসি পৃথিবীগী মফম অতৈদা ফংদে—মণিপুরগী লোক্তাক পাত্তা লৈবা কৈবুল লমজাউ হায়রিবা মফম অসিখক্তদা ফংই। নখোয় কৈবুল লমজাও য়েংবা চৎনক্লরবা নত্রা ? অবুং নঙবু চৎলুদ্রিব্রনে ?

অবুংনা খুম্লকই,—চৎলুরে, ইচেমা। ঐখোয়গী স্কুলগী এক্সকরসন চৎপদা য়াওরুই। ওজানা ঐখোয় ময়ামদা শঙাই লৈকম্নি হায়দুনা মখুৎ থিন থিন্দুনা তাক্লকই অদুগা বাইনোকুলরসু পীদুনা য়েংহল্লি। ওজানা হায়রিবা—শঙাইশিংসি লোক্তাক্তা তাউদুনা লৈরিবা ফুমদি মথক্তুদা লৈ। ইচেমা, শঙাইগী মখোংদু পুথরোইজ্রা ?

মচেহ্নলনা তাকপিরকই,—পুথরোই, পুথরোই। মখোয়গী মখোঙ খুজিল্ল অনি পাল্লি। মখোঙনা লৈবাক্তা নেথবদু খুজিল অনিদু ফাকতোরকই অদুনা পুথদ্রিবনি।

ইমোচানা মচেহ্নলদা য়েংলদুনা হায়রকই,—লোক্তাক্তা তৌরিবা ফুমদিসি অসুম অসুম পাথরক্লে হায় অদুনা শঙাইগী লৈকম লৈরক্তদুনা

মশিং হন্থরক্লিবনি হায়। চেমা, ফুমদিসি কমদৌনা পাথরকইবনো হায়রবু অমুক্তা তাকপিয়ু।

মচেহলনা তাকপিরকই,—খোরদাক ভুরেন মথক্তা শারিবা ঈথাই দাম অসিনা ঈশিং থিঙ্গৎপদগী কৈবুল লমজাওদা হৌরিবা ফুমদিন্থ পাথরকপগী খ্বায়দগী মরু ওইবা মরম ওইরিবনি। লোক্তাকী ঈশিংনা অমুক অমুক কংথরকপদা ফুমদিশিংনা লোক্তাকী লৈমায়গা থেংনত্থনা লৈহাও চুপখৎথুনা ফুমদি থাগৎপদা মতেং ওইরকই। অদুবু ঈথাই দামসিনা ঈশিং থিঙ্গৎপদগী ফুমদিগী ন্যুট্রিয়েন্টশিং কংদত্থনা পাথরকইবনি।

অঙাংশিংনা শোন্নরকই— দাম শাবসি অমরোমদা কান্নরবসু অরোমদা কত্তে।

তাঞ্জা অসিদা অবেম নুংশা থবেৎ-থবেৎ হোন্না চংলকই।

অবেম্না হাথু হাথু মচেহলদা হংলকই,—চেমা, নোংগী ঈশিংদি য়াম্না লুই। নোংগী ঈশিংদি শেংদবা পোৎ অমত্তা য়াউদেকো?

মচেহলনা হায়রকই,—নোংগী ঈশিংদি মহৌশানা শেংদোক্লবা ঈশিংনি। অদুগা খঙগদবা অমনা নুংশিৎ শেংদ্রবদি নোংগী ঈশিংসু শেংদ্রে। নোং তাবদা নোং মরিক মরিক্তা নুংশিৎকী লৈরোম্ন কয়া ফাওত্থনা তারকপদা কার্বোন দাই অক্সাইদ, নাইট্রিক এসিদ, উফুলনচিংবা মকুপ মকুপ ওইবা পোৎ কয়া মসিদা য়ানশিন্দুনা য়াওরকই। মরম অদুনা নোংগী ঈশিং অসিসু শেংহন্দ্রে।

বেন্নানা মচেদা হংলকই,— চেমা, 'এসিদ রেন' হায়বা অমা তাখি। মসিবু করিনো? অমুক্তা তাকপিয়ু।

মচেনা তাকপিরকই,— তাকে তাকে, তাউ। কেক্টরি কয়াদগী থাদোরক্লিবা সলফরগী ওক্সাইদ, নাইট্রোজেনগী ওক্সাইদ কয়ানা নুংশিত্তা

লেপ্পা লৈতনা তিল্লে। মসিনা মরম ওইদুনা এসিদিক ওইবা নোং তাক্লবদি 'এসিদ রেন' হায়বদু তারকই।



( খুংয়েক ১৯ )

বেনাম্বা ইপেন লেন্দনা অমুক হায়জরকই,— এসিদ রেনসি করম্না ওইরক্লিবনো হায়বদু খরা শুগায়না তাকপিয়ু।

মচেক্নবা ভাব তানবা তাকপিরকই,— মথক্তা থীনা হাপ্লিবা সলফর দাইওক্সাইদ অমসুং নাইট্রিক ওক্সাইদ অহিনি নুংশিত্তা কেমিকেল রিএক্সন থোক্লে। সলফর দাইওক্সাইদনা সলফর ত্রাই ওক্সাইদত্তা ওন্থোকই অদুগা মসিবু অমুক নুংশিত্তা য়াওবা নোং মরিকশিংদা

চুপশিন্দুনা সলফরিক এসিদ ওইরকই। নাইট্রিক ওক্সাইদনা নাই-ট্রোজেন দাইওক্সাইদ ওন্দুনা নোংলিকশিংদা চুপশিন্দুনা নাইট্রিক এসিদ ওল্লকই। অমুম্না নোং অসি এসিদিক ওইহন্দুনা এসিদ রেন হায়বা নোংছু ওইরক্লিবনি। ভাব তারেকো।



( খুৎয়েক ২০ )

ইমোচানা মচেহল্দা হংজরকই,—চেমা, মণিপুরদদি এসিদ রেনসি য়োরক্লা? ঐখোয় স্বাইদা চুরিবা নোংসিংদি এসিদিক ওইদব্রা?

মচেহল্দা মাগী পাউখুম পিরকই,— ঐনা হায়খিবা ওক্সাইদশিংছু মকওইনা কয়লা মৈ থাবা পরায় প্লান্টশিং অদুগা কারখানাগী মৈখু উত্তোংশিং অসিদগী থোরকই। অদুবু মণিপুরদদি অসিগুম্বা পরায় প্লান্ট লৈতে, মৈখু য়াম্না থাদোরকপা কল-কারখানা লৈতে। অদুম্না

অদুনা নুংশিত্তা হায়রিবা ওক্সাইদশিংসি অদুক হাল্লা থাদোরক্কে। মরম অদুনা এসিদ রেনসি য়ৌরক্কে হায়বা তারেকো, মওগী রাহংদুনা। অদুগা ঐখোয় স্বাইদা চুরিবা নোংসি এসিদিক খজিক্কংদি ওইরে হায়বা তারে। মরমদি নুংশিত্তা কার্বোন দাইওক্সাইদ য়াওবগী চাং হেঙ্গৎলকপননি। কার্বোন দাই ওক্সাইদসিনা নুংশিত্তা কার্বোনিক এসিদ ওন্দুনা নোংলিকশিংদা য়াওরক্তুনা নোং অসি এসিদিক ওইরিবনি।

বেনানা হংলকই,— নোংসি এসিদ রেন্নি হায়বসি করম্না খঙগনি ?

মচেনা পাউখুম পিরকই,—$P^H$ ভেলু হায়বদি হাইড্রোজেন আইরন কন্সেনট্রেসনগী ভেলু অসি ৭ তা লৈরগনা ন্যুট্রেলনি, ৭তগী হন্থরগনা এসিদ অদুগা ৭তগী হেল্লগনা আলকালাইননি। ঈশিং অসি ন্যুট্রেলনি। হায়বদি মসিগী পিঃএইচঃ ভেলু ৭ ওইগদবনি। অদুবু শেংলক্তবা অসিনা ৫.৬ ফাওবা লেপথোরকই। মসিনা তাকপদি নোংগী ঈশিং অসি এসিদিক ওইরে। করিগুম্বা ৫.৬ কী ভেলুসিদগী হন্থরক্লবসি 'এসিন রেন' হায়না কৌরে।

অবুংনা হংলকই,— এসিদ রেন চুবনা ঐখোয়গী অকোয়বদা ঐখোয়দা করি করি অকায়বা পীবগে ?

মচেহলনা খুম্লকই,— এসিদ রেন তাখিবা মফমশিং অদুগী ঈশিংদু এসিদিক ওইহন্দুনা শিজিন্নবদা খুদোং চাহন্দে। নোংসি তারবা পাৎনচিংবগী ঈশিংবু এসিদিফাইদ তৌদুনা সিদা লৈবা ঙা, ঈশিং জীবশিংগী মশীং হন্থহল্লি। নোংসিনা তারুবা মফমশিং অদুগী মহৈ-মরোংগী পোত্থোকসু হন্থহল্লি, উমং-রামং কয়াসু মাং-তাকহল্লি, লৈবাক লৈহাউবু এসিদিফাইদ তৌদুনা পাম্বীশিংবু চাউজল থিহল্লি। এসিদ রেন্না লৈবাক্তা য়াওবা হেভি মেটেলশিং হায়বদি কেদমিয়ম, মিশি, এলুমিনিয়ম, জিঙ্ক, নিকেল, মরকরিনচিংবা প্যাৎশিংদা চুম্থখি।

মসিনা ময়াম ওইহনবা পাৎসিদা লৈবা জীব কয়া শিহল্লি। খুরুম অমা হায়গে, তাগী মীলুম (শোর হোমবা কয়াৎ অমা) অসি অকোয়বগী লৈবাক লৈহাউদগী চুমথয়কপা এলুমিনিয়ম্মা নপশিন্দুনা শোর হোনবা য়াহন্দবুনা শিহল্লি।



(খুৎয়েক ২১)

জীবশিং অসিদা নত্তনা ঝিল্ডিং কয়া, স্কেচু কয়া, রাজ কয়াসু মসিনা মশক থিহল্লি, চাথৎতুনা মাংহল্লি। য়োৎ অমসুং অতোপ্পা ধাতু কয়ানা শাবা পোৎ-চৈ কয়া মাংতাকহল্লি। হন্দকসু তাজমহলগী অকোয়বদা কল-কারখানা থম্বা য়াদে হায়রুনা অখিংবা থমল্লে।

নখোয়সু খন্দুনা য়েংউ—পৃথিবীগী অঙকপা কজবশিংগী মরক্তা শিংথানবিবা তাজমহল অসিনা মচু ইমক-মকশিন ইচা-চাথৎ তৌরবদি

কঞ্জবদু লৈখিগদ্রা, মাবু শোন্নরিবসি শোন্নখিগদ্রা অদুগা মীওই কয়ানা থাগ্ল-থাগ্লবা মকমদগী য়েংবা লাক্লিবসি লাক্লখিগদ্রা ?

∴ থক্লুবা ঈশিংদা হিন্ডি মেটেল কয়া শাখিনা য়াওরক্লুনা দু ওইরকপা অসিসু এসিদ রেন্ননি।

ইমোচানা হায়রকই.—এসিদিক ওইরবা পাংকী ঈশিংসি ন্যুট্রে-লাইজ তৌনবা উপায়গদি লৈব্রা ? লৈরবদি তাকপিযু চেমা।

মচেনা তাকপিরকই,—উপায় হায়রবু, শুনু চাইদুনা এসিদ ওইরবা পাংশিংবু অমুক ন্যুট্রেলাইজ তৌবা য়াই। শুনু চাইবমা পাং অদুগী ঈশিংগী এসিদিটি হন্থহল্লি। মসিদা নত্তনা এসিদিক ওইহনগদবদগী ঙাকথোকই।

বেনানা অমুক মচেদা হায়জরকই,—এসিদ রেন অসিদগী ঙাক-থোক্লবা করি করি থৌরাং পায়খৎপা য়াবগে হায়বদু খজিক্কং হায়বিয়ু।

মচেহলনা হায়রকই,— এসিদ রেন্দগী ঙাকথোক্লবা হায়ববু তাউকো, অহানবদা নুংশিৎ শেংহন্নবদগী কন্নবা হোৎনবা অসিনি। নুংশিত্তা ওক্সাইদশিংগী চাং য়াম্না তিলহন্দনবা হোৎনবা,—কল-কারখানা কয়াদগী থাদোরকপা ওক্সাইদশিংবু হন্থহন্দুনা ঈঙ্গিন পানবা গাড়ীশিংগী ঈঙ্গিন শেমদোক্লুনা য়ুমদা শিজিন্নবা লৈরং কন্না মৈথু চেন্দনবা শেমদোক্লুনা নুংশিৎতা ওক্সাইদকী চাংসি হেঙ্গৎহন্দবা অসিনি। থাউগী মহুত্তা বেটরিনা চলায়বা গাড়ী পুথোকপা, সমুদ্র ঈমায়দগী কোসিল ইনর্জি লৌদুনা শিজিন্নবা অসিনচিংবা থৌরাং কয়া অসি পাইখৎলক্লবদি হায়রিবা এসিদ নোং অসিদগী কনবা ঙমগনি। হৌজিক্কি থৌরাংশিং অসি ইন্টরনেসনেলগী থাক্তা পায়খৎনরক্লে। অদুবু মসি কদায় স্যাওবা মাই পাক্কদগে হায়বদুদি খঙবা ঙমদে হায়বা তায়।

অদুবু করে, নখোয়না খঙগদবা হায়ববু ঈশিংনা অসিদিক ওইবা হেনগংলকপা হায়বসিসু ঈশিংগী পোলুসননি।

বেনানা চিংননা মচেহলদা হংলকই,—গুহাগী ঈশিংদি শেংহন্দবা তৌদেকো ?

মচেহলনা হায়রকই,—নঙনা হায়রিবসি গুহাগী ঈশিংদি লৈবাক-লৈহাও ফাওদুনা চুমথোক্তুনা লাকপনিনা করিগুম্বা শেংদবা পোৎস্নান অমত্তা য়াউদ্রে সিনিকো ?

অদুবু গুহা লৈরিবা মফম অদুরায়দুগী লৈবাক লৈহাওদু পোলুসন তৌরবদি গুহা অদুদা শেংহন্দবা পোৎশিংদু চুমথরক্তুনা ঈশিং অদু শেংহন্দে। কেমিকেল ইন্দস্ট্রি কয়াগী পোথি-পোৎকুমশিং লৈবাক্তা ফুমজিল্লি। মসিনা লৈম্লংদা লৈবা ঈশিংগী শরুক্তা য়োৗরক্তুনা শেংহন্দে।

অবুংনা হায়রকই,—শেংদবা ঈশিংনা ঐখোয় মীওইবদা করি করি অমাঙবা পুরকপগে হায়বদু অমুক্তা তেন্না তাকপিয়ু।

মচেহলনা খুম্লকই,—ঈশিংগী পোলুসন্না পুরকপা অমাঙবদু ঐ শন্নপ্পা হায়রক্কে।

ঈশিংগী পোলুসন্না জীব কাংলুপ কয়াদা অমসুং মীওইবদা খুদোং-থীবা কয়া থোকহল্লি। ঐখোয়না থক্লবা, চানবা, অতৈ নুংতিগী হিরম কয়াদা শিজিন্নবা, শিল্প অমসুং লৌউ-শিংউগী দমক পোলুসন তৌদবা অশেংবা ঈশিং চংই।

শেংদবা ঈশিংদা জার্ম অমসুং হু চেন্নবা পোৎ কয়ামরুম য়াওই। শেংদবা ঈশিং অসি ঐখোয়না চানা-থক্লবদা শিজিন্নরবদি লায়না কয়া পোকহল্লি। কোলেরা, তাইফোইদ, ইতোন কাইবা অসিনচিংবা

লায়নশিং অসি ঈশিংনা শন্দোকই। শেংদবা ঈশিং থক্লবদি লোক-থুংবা তৌই। মসিদি নখোয়না তশুনা থেংনরবা খঙলবা রাকম ঙাক্তনি, নত্রনে ?

ইমোচানা মচেগী রাকমদু ওক্লহুনা খুম্নকই,—নহান স্কুলদগী হল্লকপদা ঈশিং খৌরাংই হায়ছনা লম্বীদগী ঈশিং থক্লকপদা হল্লকপগা লোক থুংছনা নাবদো, অবুং। 'চেচেমা, অবুংসে ঐনা থকউনু হায়রগা মানা খৌরাংবনা শিগদৌরে হায়দুনা য়াম্না থকচিল্লিবা।

মচেহলনা হায়রকই,—তু, অদুনি, ফত্তবা ঈশিং থকনু, লুমখোক্লগা থকউ হায়বদু।

ভাইহাক লকক তৌরগা মচেহলনা মখা তাথরকই,—খুদম অমগা হায়গে, ইং ১৯৭৭ তা অন্ধ্র-প্রদেশকী মালাপাদু হায়বা খুঙ্গংদুগী তুরেল চাপ্লাদিবাগুম্ব মপান্দা মী লিশিং অমরোম মখোয়গী শা-মণশিংগা লোয়ননা খুন্দাহুনা লৈরম্মী। তুরেল অদুগী ঈশিং শিজিন্নবদগী মকমহুদা লৈরিবা মী, শা খুদিংমক দাইরিয়া অমদি পেরেলাইসিস তৌহুনা অশি-অনা নংলম্মী। মসিগী মরম থিজিন্নরকপদা মনাক অদুরায়দা লৈবা ফেক্টরীনা ঈশিংদা থাদরকপা ফক্ত-হৌদিশিংনা ঈশিং অদু লিদ পোইজনিং (মিশিগী হু) তৌহন্দুনা শেংহন্দবা ওইরম্মী।

মখোয় মরিমক্লা মখোয়না মচেহলদা ঈশিংগী পোলুসন অসিদগী ঙাকথোক্লবা করি কল্পি তৌবা য়াবগে হায়না হংজরকই।

মচেহলনা তাকপিরকই,—নখোয়না তৌবা য়াবা হায়ববু—

১। পাৎ, তুরেল অমম্বুং পুখ্রিনচিংবদা ফক্ত-হৌদি, অমাং-অশোয় থাদরোইদবনি।

২। পুথ্রিদা কিচু-কিজাম তৌশিনবা, শা-মণ ঈরুক্‌শিনবা তৌয়োই-দবনি।

৩। ঈরম-খোংলম নালানচিংবদা কক্ত-হৌদি থাদরোইদবনি। মখোয়বু তরু-তনাম্না শেংদোক্কদবনি।

৪। চানা থক্লবদা অমদি নুংতিগী হিরম করাদা শিজিন্নবা পুথ্রিগী ঈশিং তরু-তনাম্না থমগদবনি। চাং নাইনা শেংদোক্কদবনি।

৫। হার চাইবা, তিলহাৎ হিদাক শিজিন্নবদা য়াম্রিবমখৈ ঈচেলনা পুথখিদনবা হোৎনগদবনি।

৬। অমাংশঙগী কক্ত-হৌদি নালা, পুথ্রিনচিংবদা থাদয়োইদবনি; সেনিটারি লেট্রিন শাগদবনি।

মতাং অসিদা রা অমা তাক্কে—রসায়নগী তিলহাৎ হিদাক চায়বদা ঈশ্বাং-নাপীদা শক্লনা মতম থরা লৈহৌই। হিদাকসি পকপা ঈশ্বাং-নাপীদু চারবদি ঐখোয়গী হকচাংদা কেমিকেলদু য়োরক্লনা কক্তবা কয়া পুরকই।

অদুনা হৌজিক থিজিন হুমজিনবা মীওইশিংনা অকবা অনৌবা পাম্বৈ কয়া পুখোক্লরক্লি। নিম মনা অসি তকখায়রগা মহি অদু ঈশিংদা চাপ্লগা তিল তারবা পাম্বীশিংদা কাপখোক্লবদি তীলস্তু ডাকখোকপা ভয়ে অদুগা মনা-মশিং অদু খুদক্কা হেক্লুনা চারবস্তু হকচাংদা করিস্তু অকায়বা থোক্লরোই।

হায়রিবা থবকশিংসি নখোয়না তৌবা য়াবা, তৌবদা নত্তনা অ্ তাপ্পা মীওইশিংবুস্তু নখোয়না তাক্লুনা খঙহনবা, জ্ঞান তাহনবা, লোয়ননা মখোয়গা পুম্না সোসিয়েল সার্ভিস কেন্দ্রকুম্বা পাংথোক্লবা হোৎনগদবনি।

ঙসিগীদি, মতমস্মু য়াম্না থেংলে, লোইশিল্লসি। নখোয় হয়েং অমুক লাকও। হয়েংদি লৈমায়গী পোলুসনগী মতাংদা খল্লসিকো।

অসি হায়রম্বুনা মচেহলনা অঙাংশিংদু ছুটি থাদোকপিখ্রে।

মথংগী নুমিত্তা মখোয় মরিমক হৌনদুনা মচেহলগী নাক্তা লাক্লুনা খল্ল-নৈনবা চথররে।

বেনানা হৌদোরকই,—চেমা, ঙরাং চেমনা লৈমায়গী পোলুসনগী মতাংদা ভাকপিগনি হায়বিখি। মদুগী মরমদা ঐখোয়না খঙবা য়াবা খরদং তাকপিয়ু।

মচেহলনা হায়রকই,—পাম্বীশিংনা হৌরিবসি ঐখোয়না লৈরিবা পৃথিবী অসিগী মথক থংবা লৈয়োল, 'লিথোস্ফিয়ার' অসিদনি। লৈমায়দগী ফুট অনিদগী অহুম ফাওবা লুথবা ফাওবদা (লিথোস্ফিয়ার) পাম্বীশিংনা মচিঙ্খাক ফংই।

অদুবু মীশিং হেঙ্গৎলকপা অমদি চাউখৎলকপগী মতুংইন্না লৈপাক লৈহাও অসি মরম কয়ামুক্কা মাং-তাকহল্লি।

উমং কোকথোকপনা লৈপাক লৈহাও মাং-তাকহল্লি হায়বদু ঐখোয়না চাংয়েং তৌদুনা খঙগ্রেকো। উমং কোকথোকপদগী নোংনা লৈপাক-লৈহাও চামথরকপদগী তুরেলশিংগী অমদি পাৎশিংগী খোংনুং থেনগগৎহল্লকপদা নত্তনা লৈপাক লৈহাও মাং-তাকহল্লিবনি। লৈপাক লৈহাও মাং-তাকহনবা অসিবু সোইল ইরোজন হায়না খঙনৈ। খন্দুনা য়েংউ অঙাংশা, পাম্বীগী মচিঙ্খাক লৈপাক লৈহাওদগী ফংল্লিবনি অদুনা লৈপাক লৈহাওসি লৈত্রবদি মখোয় করম্না হৌবা ঙমগনি

অহুগা অমুক পাম্বীশিংসি নৈত্রবদি ঐখোয় কমদোনা হিংগনি ? ঐখোয়গী অকোয়বা অসিদা পাম্বীশিংসিনা করি করি থোদাং য়াবগে হায়বহু নখোয়দা হান্নবা চাংয়েং কয়া তৌহুনা খুদম কয়া পিহুনা তাকপ্রেদনা।

বেনানা মচেহলদা য়েংলহুনা হায়রকই,—চীংদা পাম্নৌ উবা অসিসু মণিপুরদা সোইল ইরোজন থোকহনবদা খাইদগী মরু ওইবা শরুক অমনি হায়বা য়াইকো ?

মচেহলনা হায়রকই,—চুম্মী, চীংগী লমদা পাম্নৌ উবনা মরম ওইহুনা সোইল ইরোজন অমদি ইকোলোজিকেল ইনবেলেন্স ওইহনবগী খাইদগী চাওরবা মচাক অমা হৌজিক হৌজিকমক ওইরিবনি। চীংমী-শিংনা পাম্নৌ উননবা মক্ষম অমা লেপথোক্লগা মক্ষম অহুদা হৌরিবা উপাল রাপাল পূম্নমক য়ানখৎতুনা কংহল্লবা মতুংদা মৈ থাদোকই। ঐখোয়না নিংথম মমৈ, বসন্ত ঋতু হৌরকপা মতমদা লুমিদাংদা চীংদা লাম্নৈ চাকপা হেক হেক উবিংহু চীংমিশিংনা পাম্নৌ উননবা য়ানথৎলবা অকংবা উপাল-রাপাল কয়া মৈ থারিবনি। মখোয়না অম্সুম্না লাম্নৈ থাবনিদা উপাল-রাপাল কয়া চাকপদা নত্তনা চীংলুং মানুংদা লৈবা তংলবা উরৈ কয়া, শা-উচেক কয়া লান্নমনা চাক্তুনা মাংহল-তাকইল্লি। মতৌ অসুম্ন চীংমীশিংনা চহী অমগী পাম্নৌ উননবগীদমক য়াম্না পাম্প চাওপ্রবা চীংমায় কয়া তুম-তুম্না মৈ থাদোকই। মথংগী চহীদনা অদোমদা মক্ষম অমদা হৌদুনা পাম্নৌ উননবা হোৎনৈ। হান্না পাম্নৌ উপালা মক্ষম অমদা অমুক পাম্নৌ উগে হায়রবদি, চহী তরাগী মতুংদা হান্না পাম্নৌ উনপ্রবা মফমদহুদা অমুক হন্না পাম্নৌ উবগী চৎনবী চীংমীশিংদা লৈ।

অদুংনা মচেহলদা হংলকই,—উজাও মখোড়দা উরুম-রাক্লমদা ইঙ্গাং-নাগী থাদা ফত্তে হায়নৈ ; তশেংবমক্কীসু ফবা ডমদে। মসিবু করিগীনো ?

মচেহলনা হায়রকই,—উরুম ৱারুমদা হৌবা ইঙ্গাং-নাপীশিংগা নুংশা-মঙাল ফজনা ফংবা মফমদা হৌবা ইঙ্গাং-নাপীশিংগা মশক-মওং চাওদম-শাংদম্বা অমদি মহাও পূন্নমক্তা খেন্নৈ। খুদন হায়ববু উরুমদা হৌবা হরায়মঙ্গল পাম্বীশিংগী মচু শংবগী চাং, নুংশা ফজনা ফংবা মফমদা হৌবশিংদগী হন্থে। অদুদম্ভু নত্তনা মরিম্ভু পিশক-পিক্কা য়াম্না শাংনা চৎলিবন্থনি। মসিগী মরম হায়ববু পাম্বীশিংদি নুংশা-মঙালগী মতেংনা মশাগী মচীঙ্গাক শুংজবা ওম্মী। ৱাফমসি ঐনা হান্নম্ভু তাকপ্রেদনা। মরম অদুনা উরুমদা হৌবা হরায়মঙ্গল পাম্বীনা মরী পিক্কা শাংনা চৎলিবসি নুংশা মঙাল ফংনম্ববা হোৎনরিবনি।

লেপকক ভৌরগা মচেহলনা অমুক মখা শম্নথরকই,—উরুমদা হৌবা চুদি মপোপ চাওজরবম্ভু থুম্বগী চাং ৱাৎলি। অদুদম্ভু নত্তনা উজাও মখোঙদা হৌবা ইঙ্গাং-নাপীশিংনা লৈবাক্তগী ফংগদবা লৈহাও অমদি ঈশিংগী শক্তক অম্নাম্বম্ভু উজাওনা চুমখৎখিবনা মরম ওইদুনা উজাও মখোঙ, উরুম-ৱারুমদা হৌবা ইঙ্গাং-নাপীশিংনা মপুং-মরৈ ফানা চাওদম শাংদম্বা ঙম্মদবদা নত্তনা মহাওম্ভু ৱাৎলিবনি।

মতাং অসিদা নখোয়না খঙজিনগদবা অমনা মণিপুরগী ৱাংমদগী পুশিল্লকপা উ মখল খরনদু লৈপাক-লৈহাও মাং-তাকহল্লি। খুদম হায়ববু, নাশিক পাম্বীগী মখোঙদা ইঙ্গাং-নাপী, হরায়-চেংৱায়-নচিংবা থাবদা মপুংফানা ফবা ঙমদে। মসিগী মরমদি য়াম্না ঙনা চাওগনবা নাশিক পাম্বীশিংদি লৈবাক লৈহাও অমদি ঈশিং অতৈ উশিংদগী হেন্না চুপখৎপা ওম্মী। মসিদম্ভু নত্তনা নাশিক মনাদি য়াম্না ঙনা পৎথ-পুমথবা ঙমদবদা নত্তনা লৈপাক-লৈহাও মাংহন-তাকহনবদম্ভু মতেং পাংই।

ইমোচানা খঙনিংনা হংলকই,—কেমিকেলনদি লৈমাম্নগী পোলুসন খোকহন্দব্রা? মসিগী মতাং অমুক তাকপিয়ু।

মচেহলনা হায়রকই,—হোয়, তাকে। কেমিকেলগী পোৎচাক কয়া মরম খণ্ডদনা শিজিন্নবা অমদি লৌবুক্তা হার চাং মুন্না খণ্ডদনা



( থুৎয়েক ২২ )

শিজিন্নবা পুরমক অসিনা লৈপাক-লৈহাওগী চাংদা অকায়বা কয়ামুক থোকহল্লি। লৌবুক্তা হার চায়বা, তিলহাৎ হিদাক কাপ্পা অসিদি তত্তনা তৌনরিবনি। হায়রিবা তিলহাৎ হিদাকশিং অমসুং হারগী শরুক খরা লৈনুংদা লৈহৌই। মসিনা লৈপাক্কী মহুৎ হুহুৎ তৌবহু কায়হল্লি অমসুং লৈপাক-লৈহাও চেলহনবা লৈনুংগী জীবশিংবু হাৎলি মসিগী মতাংদা ঐনা নখোয়দা থবক তৌহন্দুনা য়েংহনগে। নহাল নখোয়না ফক্ত-হৌদি লংথোকফম খোঙবাম মচা অহু খোত্তোকপদা করি করি থেংনখিবগে ?

অবেম্না খঙহৌদনা হংলকই,—ভিস্ট্রোক। অতুদগীদি তিন মচা মচা ময়াম অমা।

মচেহলনা মখা তাথরকই,—তিস্ট্রোক অসি লৌমীশিংগীদি থানবা য়াদ্রবা মরুপ অমনি। মখোয়না লৈপাক লৈহাও চেলহল্লি, অদুবু লৌমীশিংনা মসিগী জ্ঞান অসি লৈত্তবনা মসিবু খঙবিদে। হায়রিবা অসিগুম্বা জীবশিং অসিবু মখোয়না মতম থরদং, খুদক-খুদক্কী ওইবা উপায় কয়া শিজিন্নদুনা মখোয়গী কান্নবনি হায়দুনা হাৎত্তোকপা অসিসু মখোয় খঙদে। অসুম্না তৎতনা কেমিকেলগী পোৎশিং অসি শিজিন্নরবদি মমৈদা লম অদু লৌউ-শিংউবা য়াদদুনা মাংলগনি।

মচেহলনা হায়রকই,—লৈমায়গী পোলুসন থোকপদগী কন্নবা মখাগী থৌরাংশিংসি পাংথোকপা য়াই।

১। উমং কোকথোকপা থিংবা,

২। ইণ্ডাং-নাগী, মহৈ-মরোং থাবদা কেমিকেলগী হার শিজিন্নবা অমদি কেমিকেলগী তিলহাৎ হিদাক চায়বা য়ারিবমখৈ তৌদবা,

৩। কেমিকেলগী হার শিজিন্নবগী মহুৎতা মহৌশাগী ওইবা হার হায়বদি মন্থি, উনা-শীংনা পথ-পুমথবদগী শেম্বা হার অসিনচিংবা শিজিন্নবা,

৪। তিলহাৎ হিদাক শিজিন্নবগী মহুৎতা বাইওলোজিকেল কন্ট্রোল হায়বদি পাম্বীদুদা তারিবা তিন্দু মশক খঙদোক্লগা মদুবু মাংহনবা ঙম্বা অতোপ্পা তিন অমঃ থাজিন্দুনা কন্ট্রোল তৌবা,

নত্রগা ওরাং হায়খিবগুম নিম মহি ঈশিংদা খিৎলগা চায়শিনবা অসিন্থু য়াম্না ৰবা উপায়নিকো।

মথক্তা হায়রিবা থবক থোরমশিং অসি পায়থৎলবদি লৈখায়গী পোলুসন্দগী খরদি কনবা ঙমগনি।

অঙাংশা, ঙসিদি ঐ থবক অমা লৈ, অহুনা ঙসিগীদি শ্বাইদা 'স্কুম লোইশিল্লসি।

মচেনা হায়বগী মতুং ইন্না মখোয় মরি মচেদগী বিদায় লৌরগা থোকখ্রে।

হায়গুম মথংগী নুমিৎতা মখোয় মরিহু মচেহলগী কাদা পুল্লরে। মচেহল লৈরমদে। মখোয়গী মরক্তগী অমনা টিঃ ভিঃ য়েংসি হায়দুনা টিঃ ভিঃ থাগৎলকই; অমনা ঈশৈ তানিংই হায়দুনা টেপ থাগৎলকই। মখোয় মশেল অমনা টিঃ ভিঃ গী ভোল্যুম হৌনা লৈখৎলকই টেপ্পা দিসতর্ব তৌই হায়দুনা; অদুগা অমনা অমুক ঈশৈ তাদ্রে হায়দুনা টেপ কপ্পা লৈখৎলকই। অস্থুম্না অমনা হায়বা অমনা তাদে, অমনা অমুক হায় অমনা তাদে, অস্থুম তৌদুনা য়াম্না চরাংনরকই।

তাঞ্জা অদুদা মচে চংককপা খঙহৌদ্রে। মখোয় মশেল চিন্দা-পাউদানদুনা খৎনরকপদগী হেন্দোরক্তুনা ফুনগে তৌরকপা অদুদা মচেনা মখোয়গী মবক্তা চংলক্তুনা লেপ্পরে। মখোয়না মচেবু উবদা তিঙক-মাইঙরুনা খংলেপ লেপখ্রে।

মচেহলনা মখোয়বু মফম চান, চানা কল্লবা হায়বকই। বেনানা টিঃ ভিঃ অমদি টেপ মুথৎনবা চংলকই, মঙমহুদা মচেনা মাবু খাম্নগা

মাগী ফক্তমদা ফম্নবা ইন্সিত তৌরকই। মচেম্ন কম্নথরে। টিঃ ভিঃ রেডিও অনিগী চরাংনবহ্ন মখোয় তাবা হৈনম্রে। অদুবু উপায় লৈতনা স্নুগং স্নুগ্নং মনা মেনশিন্দুনা খাংলি, মচেহলনা হুরান হুম্নান য়েংহুনা



( থুংরেক ২৪ )

লৈরকই। মচেহলনা মখোয়গী মতৌহু য়েংলগা টিঃ ভিঃ অমদি টেপ অনিমক মুথংলে। চরাংনবা অহু লেপখ্রে, কাহু ইচিক চিকখ্রে। অঙাংশিহু শোর মগী অমমম শাংনা শাংনা হোন্দোক্লহুনা ফম্ফম ফম্ফমদা ঙাথহুনা জ্ঞান তানা ফম্নকই।

অচিকপহু থুগায়রহুনা মচেহলনা হায়রকই,—করিগীনো নখোয়না অস্থুক য়াম্ন লাংলম্মীবসে। ঐ লৈরমত্রবস্নু নখোয় তুমিন তুমিন্না ঐঃখোয়না নহান মথৈ খন্নখ্রিবা, নৈনখ্রিবা ময়ামহু খম্ন-নৈনহুনা

নিংশিংদুনা লৈরম্বনা ফবনি। টি. ভি. গা রেডিওগা হৌজিক তাখিবদু নুংঙাইত্রা ? অদুক হৌনা চরাংননা তাবদু নুংঙাইরমগনি !

অঙাংশিংদু মমায় ঙাংশং ঙাংনা তুমিন তুমিন মরু লুকথদুনা লৈ।

মচেহলনা রা মখা তাথরকই,—মসিসু পোলুসন অমনি।

অঙাংশিংনা অমুক্তদা মচেহলদা ঙক্না খঙয়েং য়েংখৎলকই।







( খুংগ্লেক ২৫ )

মচেহলনা মখোয়গী চঙকবা মতৌদু য়েংলদুনা হায়রকই,— লাউবনা খোকহনবা পোলুসন ( নোইজ পোলুসন ) হায়বদো মসিনি। ঙসিদি নোইজ পোলুসন অসিগী মতাংদা খন্নরসিকো।

লাঙবা হায়বদি নখোয়না হৌজিক তৌরম্লিবদো অদুনি। ঐ অমুক হায়গে, তানিংদবা, অয়াকপা, চরাংনবা খোঞ্জেলবু 'লাঙবা'

হায়নৈকো। মীওইবনা চাউখৎলকপগী মতুংইন্না পুথোক্লকপা খুৎশু-খুৎলাই কয়াদগী হায়রিবা অরাঙবা মখোলসি থোকহল্লি। নখোয়না হৌজিক তাখ্রিবা টেপ, টি. ভি. অসিদা মতুনা ইঞ্জিন শানবা গাড়ীশিং, কোল-কারখানা কয়াগী খুৎশু-খুৎলাই, এরোপ্লেন, লাউদ-স্পিকর, মীয়াম তীনবা, পোপ-মিউজিক, রেডিও, সুপরসোনিক এয়ারক্রাফ অসিনচিংবা কয়াদগী লাঙবা থোকহল্লি।

লাঙবসি দেসিবেল (dB) হায়বা খুজিংদা ওল্লি হায়বদি খোঙ্গেলগী অহৌবা অতপ্পা অসিগী চাং ওনবা য়াই। মীওইবগী নাকোংনা তাবা ঙম্বা খাইদগী তপ্পা মখোন্দু দেসিবেল অমগা মান্নে। মীওইবগী দরকার ওইবা দেসিবেল খরা টেবল শেমদুনা তাকে, য়েংউ—

অসি হায়রদুনা মচেৎলনা মখাগী টেবল অসি শেম্লকই।

| | |
|---|---|
| ০ dB | অচিকপা, মুকুম মুকুম শোনবা |
| ১৫ dB | উনা রানা কেনবা |
| ৪০ dB | রুম অমস্থং লাইব্রেরী |
| ৪৫ dB | রারী রাতাই শাবা |
| ৬০ dB | ময়াম তীনফম |
| ৮৫ dB দগী | বস অমস্থং ট্রক গাড়ী |
| ৯৫ dB ফাওবা | টি. ভি., রেডিও |
| ১০০ dB | নাকোংনা তানিংদবা ফাওরে। |
| অমস্থং অহেনবা | |
| ১৪৫ dB | নাবা ফাওরে। |

মচেহলনা টেবল অশেংবচুদা থিল্ল-থিল্লচুনা অঙাংশিংদা ভাব তানবা তাকপিরকই।

বেনানা মচেহন্দদা হংজরকই,—লাংঙবনা ঐখোয়দা করি করি অকায়বা লাকপা য়াবগে ?

মচেহলনা মখোয়দা তাক্লকই,—লাঙবগী পোলুসন্না মীওইবা অমসুং অতৈ অতোপ্পা জীবশিংগী লমচৎ-শাজৎ, অনা-লাইওং কয়াদা অকায়বা পী।

য়াম্না হৌবা মখোল ভত্তনা তারবদি নাকোংগী মনুংগী কুপ্পবা সেল কয়া ফগৎহন্দচুনা মতম পুম্বগী ওইনা মাঙহল্লি। তোঙান তোঙানবা কোল-কারখানা কয়াদা থবক শুবা মীওইশিংনা লাঙবনা থোকহনবা 'নাপংবা' না নাহল্লি। লাঙবনা দেসিবেল চামা য়োৗরবদি না পংহল্লি।

লাঙবনা ব্লড প্রেসরদা অকায়বা পী, ব্লড প্রেসর হেনগৎহল্লি, কোক চীকহল্লি। অসিগীগু মথক্তা মীৎ নুংঙাইতবা, চাবা-তুম্বদা অকায়বা পীবা, পুকনুংগী অঙাংদা অকায়বা পীবা, হাইপরটেন্সন, পেপটিক অলসরনচিংবা থোকহল্লি অমদি মীওইবগী রাখল পুক্লিংদা অমসুং লিচৎ-শাজৎতা অকায়বা কয়া থোকহল্লি।

অবুংনা খঙহায় হায়রকই,—অদুনা ওইরম্বা তারে ঐখোয়গী লম্পাক্তা লিলা তৌবগী মাইক খোঙ্ৰদা খোঙবা য়াদে হায়দুনা থিংখিবদো।

মচেহলনা হায়রকই,—হোয়, অবুং নঙনা হায়রিবদু চুম্মী। মরম অদুনা নখোয়না রেডিও, টেপ রেকোর্ড, টেলিভিজন্নচিংবগী মখোল হৌনা লৈথৎচুনা তারোইদবনি। অহৌবা মখোল অসিনা

নখোয়দা ফংহন্দবদা নত্তনা মুমোন কৈরোম্নবদসু অকায়বা পী। অদুগা নখোয়না শাম্নবদসু য়াম্না লাওনা শাম্নরোইদবনি।

ইমোচানা হায়রকই,— ঐনা নহান হোস্পিতালদা চৎপদা হোস্পিতাল ময়াদা 'No Horn Please' হায়দুনা সাইন অমসু থেৎলম্মী। মস্তুবু হোস্পিতাল ময়াদা লাওবা য়াদে হায়বা নত্রা, করিগীনো, চেমা?

মচেহলনা পাউখুম পিরকই,— মানি, হোস্পিতাল হাম্নবসিদি অনা-অয়েকশিংগী লায়েংশওনি। অদুনা মকম অদুরাইদা লাওবা হায়বসি অকবা নত্তে। গাড়ীশিংগী অহৌবা মখোলনা অনাবশিংগী লাইওংদা অকায়বা পীবা য়াই, অদুগা পীসু পীরিবনি। অদুননি মফম অদুরায়দা সাইন কয়া থেৎলিবদু।

বেনানা মচেদা হায়জরকই,—চেমা, লাওবসি কমদৌনা কন্থা পাম্বৈনা কন্ট্রোল তৌগদগে হায়বদু খজিত্তা তাকপিয়ু।

মচেহলনা হায়রকই,—লাওবসি পৃথিবীদা হৌজিক চহিদা চাদা তরাগী চাংদা হেনগৎলক্লিবনি। অসুম্না অসুম লেপ্তুনা হেঙ্গৎলক্লবদি মসিনা পুরক্কদবা অমাঙবশিংতু খন্দুনা য়েংউ। অদুনা লাওববু কন্ট্রোল তৌনবা ওইবা য়াবা পাম্বৈ খরা হায়গে—

১। মখোল হৌদবা মেছিন পুথোকপা।

২। মখোল থোকপা গাড়ী, খুংগু-খুৎলাই কয়াবু মখোল হৌদনবা হোৎনবা।

৩। টেলিভিজন, রেডিও, টেপ রেকোর্ডরচিংবগী মখোল হোনা লৈখৎতুনা তারোইদবনি।

৪। নখোয়না শাম্নবদা য়াম্না লাওনা শাম্নরোইদবনি।

৫। লাউদ স্পীকরনচিংবদা মখোল হৌনা লৈখৎহুনা মরম চাদনা চরাংনবা ভৌরোইদবনি।

৬। উ-পাম্বী থাবা অসিসু নুংশিৎ শেংহন্দবদগী কনবতা নত্তনা লাঙবসু কক্রোল তৌনবা উপায় অমনি। মরমদি পাম্বীশিংনা খোঞ্জেলগী ইনর্জি কাজিন্নুনা খোঞ্জেলগী থিনখাংকম ওইহল্লি। অদুনা লম্বী-শরকী নাক-য়েৎ অমদি মীয়াম-তিনফম, শান্নফম্নচিংবগী অকোয়বদা উ-পাম্বী থাগদবনি। খুদম ওইনা আশোক, নীম, মঙ্গে-পাম্বীনচিংবা অসি অরাংবা খোঞ্জেলবু কন্ট্রোল তৌবদা য়াম্না ফবা উপায়নি।

ঐনা নখোয়দা হায়গদবদি ঐখোয়না নহানমথৈদগী নৈনরক্লিবা, তম্নক্লিবা, তৌরক্লিবা থবকশিং থম্ন-নৈনরক্লিবশিং অসিদগী অকোয়বগী শক্তমসি শেংলক্তবা অমসুং মসিনা করি অকায়বা পীবা অসিনচিংবা নখোয়না খঙক্রে। অদুনা অকোয়বগী শক্তমবু শেংহন্দবা অসিদগী ঙাকথোক্লবা ঐখোয়না থবক অমা তৌবা মতমদা জ্ঞান তানা তৌগবদনি অমসুং অকোয়বগী শক্তমসিবু মাঙ-তাকহনগদবদগী কনগদবনি।

অদুগা অমুক মখা শমথরকই,—ঐখোয়না তম্নক্লিবা অদুগী চাউ-রাকপা চার্ট অমা য়েক্কে, য়েংউ।

মচেহল্লনা চার্ট অমা য়েক্নুনা তাক্লকই। চার্ট অদুদা বাইওস্ফিয়ারদা মীওইবগা জগৎসিদা হিংদুনা লৈরিবা জীবশিং অমদি মহৌশাগী শক্তম কয়াগা লৈনবা মরিশিং ফজনা উৎতুনা মমুৎ তানা খঙনবা ঙাক্লকই।



মুংশিংকী পোলুসন
ফেক্টরি, গাড়ী, ফ্রিজনচিংবা
মী
কংফালগী জীবশিং
কংফাল
ঈশিংগী জীবশিং
ঈশিং
মখল কয়াগী কেমিকেলশিং
লৈমায়গী পোলুসন
পোত্থি-পোৎকুম, উদ্নং মাংহনবা
ঈশিংগী পোলুসন


( খুংয়েক ২৬ )

মচেহ্‌লনা অমুক হায়রকই,—ঐখোয়গী পারা এনভাইরোনমেণ্ট দেগা মরি লৈনবা অসি ঙসি লোইশিল্লে হায়বা য়ারে। ঐখোয়গী অকোয়বগী শক্তম্ শেংহল্লকুবা অদুগা অসিনা পুরকপা অমাংবা কয়া অদু নখোয় খরম্নখৈদি খঙবা ঙম্মগনি। করিগুম্বা নখোয়না খঙদবা রাক্ষম কয়া লৈরবস্মু অদুম্না নুতিগী অদুম অশংবা মতমদা তান্নসি। নখোয়গী স্কুলশিংদা 'রান্ড´ এনভাইরোনমেণ্ট দে' পাংথোক্কনি হায়বদু য়াম্না কৈ। ঙসি তাং মরিনি—হয়েং তারেকো। নখোয় লোয়নমক চৎতুনা য়াওরুগদবনিকো। মদুদা খন্ন-নৈনবা কয়া অদু মুম্না ভাব তানা তারকউ।

তাঞ্জা অদুদা অবেম্না মচেহলদা খন্ন-নৈনবদু লোইশিল্লবনিনা টি: ভি: য়েংনিংলকই হায়জরকই। মচেহলনা টিঃ ভিঃ থাগৎপদা বিজ্ঞানগী প্রোগ্রাম অমা লাক্লম্মী। মদু রান্ড´ এনভাইরোনমেণ্ট দে-গা মরী লৈনবা তোপিক ওইরম্মী। মচেনা তাকপ্রবশিংদু য়াউরক্লে হায়দুনা মখোয় মরি হরাও-হরাও য়েংলি। মচেহল খবক-ইঙ্খাং লোইশিল্লুনবা থোকখ্রে।

— লোইরবা —

# অইবীগী ফোঙলবা লাইরিকশিং

১। খণ্ডবদা কান্নবা ( অহানবা মনা, ১৯৮৮-৮৯ )

২। অঙাংগী বিজ্ঞান ( „ „ ১৯৯০-৯১ )

৩। খণ্ডজিনবদা কান্নবা খরা ( অছুমগুবা মনা, ১৯৯১-৯২ )

৪। মতমগী বিজ্ঞান ( অহুমগুবা মনা, ১৯৯২-৯৩ )

৫। অকোয়বগী শক্তম্বু শেংহন্দবা অমম্বুং মসিগী ফল
( অহানবা মনা, ১৯৯৪-৯৫ )

৬। ঐখোয়গী জগৎ ( প্রেসতা )



দে[illegible] বুক স্টোর

পা[illegible], মসজিদ রোড, ইম্ফাল।

# অইবোগী ফোঙলবা লাইরিকশিং

( চিংলেন বুক কম্পিটিসন্দা মনা ফংলবশিং )

১। খঙবদা কান্নবা ( অহানবা মনা, ১৯৮৮-৮৯ )

২। অঙাংগী বিজ্ঞান ( „ „ ১৯৯০-৯১ )

৩। খঙজিনবদা কান্নবা খরা ( অহুমশুবা মনা, ১৯৯১-৯২ )

৪। মতমগী বিজ্ঞান ( অহুমশুবা মনা, ১৯৯২-৯৩ )

৫। অকোয়বগী শকতম্বু শেংহন্দবা অমস্তুং মসিগী কল

( অহানবা মনা, ১৯৯৪-৯৫ )

দেবলা বুক স্টোর

পাওনা বাজার, মসজিদ রোড, ইম্ফাল।

অহানবা কোঙবা : ১৯৯৬ ইং